[illegible]

# Animal Welfare Education

(Based On The Man And Animal Environment)
Manipur



Stray Dogs Do Not Kill Them But Sterilise Them

**Dr. Ak. Dhiren Meitei**

[illegible]

# Animal Welfare Education

*(Based on the man and animal environment)*

**Dr. Ak. Dhiren Meitei**





Animal Welfare Education

By:- Dr.Ak. Dhiren Meitei

First Edition January 2010
Copies 1000

Published by:
Ningombam Gojendro Singh
Thoubal

Printed at
Guro Offset Printers
Thoubal Wangmatabl
P.O. Thoubal - 795138
Manipur

Price:- Rs 65/-

“শা-উচেক ঙাকপি-শেনবিবা অমদি মখোয়গী পুন্সিবু
কনবীবগীদমক্তা কংথোক্লবা লাইরিক”

# Acknowledgement

লাইরিক অসিবু Print তৌনবা অমদি Publish তৌনবা হোৎনবদ' অচৌবা থৌদাং, অচৌবা মতেং পীবিরকখিবা ঐগী নুংশিজরবা ইনাও I.. Saturjit Singh, Sougrakpam Lokendrajit Singh বু থাগৎচরি। লাইবিক অসিবু অফবা, অচুম্বা চৎনবা য়াবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা Suggestion কয়া পীবিরকখিবা ঐগী মরূপ Dr. Ak. Rajkumar Singh বুসু থাগৎচরি।

## PUBLISHER'S NOTE

এনিমেল রেলফিয়ার ইডুকেসন কৌবা একে ধীরেন মৈতৈনা ইবা লাইরিক অসিদা মীওইবগা শাঙাগা, Environment অসিদা মবি লৈনবিবা কয়াশিং অদু লাইবিক অসিনা নিংথিজবা ৱাহৈনা Presentation তৌই। তশেংনমক মীওইবনা সংসাব অসিদা হিংবা মতমদা Eco-Friendly ওইবা তাই। হৌজিক্কী মতমদা মীওইবনা কবম্বা Life style দা হিংগদগে অমদি করম্না Ecological Balance ঙাক্কদগে হায়বদুসু খংবা দরকার ওই। Ecological Balance হায়বসি মীওবনা শেম্বী শাবিগদবনি। অদুবু হৌজিক্কি মীওইবগী চাওখৎপগী Civilization অসিনা ঐখোয়গা হিংমিন্নরিবা শাষণ উচেক ৱাইয়াশিংদা করিমত্তা থওইদনা তাথি তাওইবা তৌবা Cruelty গী চাং য়াম্না হেনগৎলক্লি। অসিগুম্বা তানজা অসিদা এনিমেল রেলফিয়ার ইডুকেসন কৌবা লাইরিক অসি পুথোক্কুনা মীয়ামদা খঙহনবা হায়বসি য়াম্না দবকাব ওইবা অমনি।

অবোইবদা ঐহাক্না আশা তৌই মদুদি মীয়াম্না কান্নরবা লাইরিক অসিবু পাবিদুনা অমদি মদুদগী ফংলকপা জ্ঞান অদুনা শাউচেকশিংবু ঙাকপি শেনবীবা Love and protection তৌবীগনি হায়না থাজে।

Thoubal

1st January 2010

নিংথৌখোম্বম গোজেন্দ্রো সিংহ

# PREFACE

এনিমেল ৱেলফিয়ার ইডুকেসন কৌবা লাইরিক অসি মরু ওইনা ইজবগী মরম খরদি মীওইবগী Civilazation না অসুম অসুম চাওখৎলকপা মতমদা ঐখোয়গা হিংমিন্নরিবা, লৈমিন্নবিবা থৱায় পানবা শাঙা জীবশিংবু করিসু খল্লুদনা খুৎশু খুৎলাই Machine অমগুম্না শিজিন্নবা অমদি চান্নবা চিঙ্গাক্লি হায়দুনা মীনুংশি লৈতনা তাথি-তাওইনা Cruelty ওইনা হাৎপীবা, নীয়ম নিতি চুমদবা কয়াশি খরমখৈ চুমথোক্লবগীদমক্তা লাইরিক অসি ইজবনি। সংসার পৃথিবী অসি মীওইবা খক্তগী লৈফম চাফম নত্তে। তংখাই অমগী লমদি শাঙা উচেকশিংগীনি। মরম অসিনা মীওইবনা শাষণ উচেক ৱাইয়াশিংগী লৈফম ঙাকপি শেনবীবা অমদি মখোয়গী পুন্সিবু Respect তৌফম থোকই। মীওইবনা শাষণ উচেক ৱাইয়া কয়াদা চংকদবা লিচং শাজং অমদি মীওইবা, শাঙা অমদি মসিগী Environment কী মরি লৈনবা Eco-system গী মরমদা খরদং লাইরিক অসিদা ইজরি। লাইরিক অসিবু হেন্না ফবা Re-Edition তৌবদা পিবিরকপা Suggesstion হরাওনা লৌজগনি। লাইরিক অসিবু পাবিবা মীওইশিংনা জ্ঞান খর লৌশিন্দুনা শাষণ অমদি উচেক ৱাইয়াশিংগী পুন্সিবু ঙাকপি শেনবীবা Serve & protection তৌবিরগদি অইবা ঐনা লাইরিক অসি ইজরুবগী মমল হনজিনলে হায়না লৌজগনি।

Thoubal,
1st Jan., 2010.

Dr. Ak. Dhiren Meitei

# CONTENTS

***********

# Chapter - 1

# মীওইবা অমসুং শা-ঙা

মীওইবনা সংসার অসিদা হিংবা মতমদা মীওইবগী মোরেল ইথিক্স ঙাক্লা চংপা দরকার ওই। মীওইবগী ইথিক্স ঙাক্লা চংপা ঙমদ্রগদি মীওইবগী সোসাইটিদা প্রোব্লেম কয়ামরুম থোকহনবতা নত্তনা মীওইবনা হিংলিবা এনভাইরোনমেন্ট অসিদা অকায়বা কয়ামরুম থোকহল্লি। ইথিক্স ঙাক্লা চংপা হায়বসিদা মখল কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকপসু য়াই। শম্মা হায়রবদা কেরেক্টর মোরেল ইথিক্স ঙাক্লা চংপা, ইশাগী শিনফমদা ইথিক্স ঙাক্লা চংপা, শা-উচেক জীব অমদি মখোয়গী এনভাইরোনমেন্টপু ঙাকপী শেনবীবা মীওইবগী ইথিক্স লৈবা অসিনচিংবনি। মীওইবগা লৈম্নিবিবা শা-উচেকশিংবু নুংশিবীবা, ঙাকপী শেনবীবা, মখোয়গী অৱা-অনা খঙবিবা, মখোয়না লৈরিবা এনভাইরোনমেন্ট অমদি মখোয়গী ৱেলফিয়ার অসি মীওইবনা খঙবী-উবিবা, ঙাকপী শেনবীবা হায়বসি মীওইবগী ইথৌদাংনি। মীওইবনা খঙগদবা অমনা সংসার অসিদা মীওইবা খক্তা হিংবা য়াদে হায়বসিনি। শা-উচেক, জীবা মচা মচাশিং, উ-ৱা জঙ্গল, মসিগী এনভাইরোনমেন্ট অসিদা মীওইবনা পুন্না হিংমিন্নরিবনি। অমগা অমগ: মরি লৈননা হিংমিন্নবা অসিবু ইকোলোজিকেল বেলেন্স হায়না কৌই। হৌজিক্তি মীওইবগী পোপুলেসন হেনগৎলক্তনিা ইকোলোজিকেল বেলেন্সতা য়াম্না অকায়বা পীরি। মীওইবগী পোপুলেসন, মীওইবগী পুন্সি মহিং লাইফ ষ্টাইলদা অরানবা, অহোংবা লাকপদা মসিগী এনভাইরোমেন্টতা অকায়বা হেক্তা পীরকই।

শা-উচেক, জীব অমদি মখোয়গী এনভাইরোনমেন্ট ঙাকপীগে, কনবীগে হায়রগদি মীওইবনা মীওইবগী অচুম্বা ইথিক্স ঙাক্লা চৎপা তাই।

ঐখোয়গী লৈবাক ইন্দিয়া অসি শা-উচেক, যুমশা য়াম্না লৈবা মফম অমনি। ষন, ইরোই, য়াউ, হামেং হায়বিবা যুমশাশিং অসি ইন্দিয়াদা খ্বাইদগী মশিং য়াম্না হেন্না লৈ। শা-উচেক, যুমশা মশিং য়াম্না লৈবা লৈবাক ওইবা মরম্না লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীশিংনা শা-ঙাশিংবু ঙাকপী শেনবীবা, মখোয়গী ৱেলফিয়ার, মখোয়গী এনভাইবোনমেন্ট ঙাক্লা থম্নবা হোৎনবগী মথৌ হেন্না তারক্লি। মীওইবনা হিংবা মতমদা শা-উচেক্লা হিংলিবা এনভাইরোনমেন্ট শোকহন্দনা থম্বা দরকার য়াম্না ওই। শা-উচেক্কী এনভাইরোনমেন্ট শোকহন্দনা থম্বগী মতাংদা স্কোলার কয়ানা মখোগী মত কয়া পীরি।

১) মীওইবগী পোপুলেসন হন্থহনবা, ফেমিলি সাইজ হন্থহনবা।

২) অচুম্বা লাইফ ষ্টাইল অমা ওইনা হিংবা।

৩) মেটরিয়েল লাইফ অমদি মেটরিয়েল বার্ল্ডলিনেস ওইবগী লম্বীদা হেন্না চঙশিন্দবা ।

৪) মীশিংনা খুন্দা-লৈতাহন্দবা প্রোটেক্টেদ ফোরেষ্ট লেন্দ থম্বা।

৫) মীওইবনা পুন্সি শাংনা হিংবদা এতনভাইরোনমেন্টকা মরী লৈনবা অদু খঙবা অমদি তম্বা।

৬) মীওইবগী চীঞ্জাক ফুড হেবিট মনা-মশিং চাবদা হৈনবী থম্বা।

৭) মীওইবগী শেৎলি-চারিবা ফিরোল শা-ঙা উচেকশিংগী পোৎখোক্তগী য়াম্না মখা পোন্দবা অমসি মসিগী পোত্থোক্তগী শেম্বা ফজবা লৈতেং কয়া শীজিন্নদবা।

৮) যুমশাগী লৈফম চাফম ষনজাবুং নীংথিজনা কর্নাবদুনা থম্বীবা অমদি ইকো-ফ্রেন্দলি এনভাইরোনমেন্ট (Eco-Friendly Environment) শেম্বা অসিনচিংবনি।

শা-উচেক করম্না লায়েংবীগনি, লোয়নগনি অমদি য়ুমশা কারম্না য়োক্কনি হায়বা জ্ঞান খরাদি মীওইবনা খঙবা দরকার ওই। মীওইবনা য়ুমশাশিং অমদি জঙ্গলগী শা-উচেকশিংদা হ্যুমেন ট্রিটমেন্ট(Humane Treatment) তৌবা দরকার ওই। শা-ঙা মফম অমদগী মফম অমদা পুথোক-পুশিন তৌবদা নীংথিজনা পুবিবা তাই। মীওইবগী চীঙ্খাক্কীদমক্ত শা-ঙাবু নীংথিজনা পুবিরক্লগা নিয়ম নীতি নাইনা হাৎপা হ্যুমেন কিল্লিং(Humane Killing) তৌবা তাই। শা-ঙা য়েন লোইবা ইন্টেন্সিভ ফার্মিং(Intensive Farming) তৌবা, মীওইবগী চান্নবা মিট, য়েরুম, শা-ঙাগী পোত্থোক পুথোক্লিবা শা-ঙা, য়েনগী ফামশিংদা শা-ঙা, য়েনশিংবু নীংথিজনা থম্লীবা শেন্নবীবা এনিমেল ৱেলফিয়ার দরকার ওই। ফার্মদা য়োকপা শা-উচেকশিং অমদি য়ুমদা য়োকপা য়ুমশাশিংদা মীওইবনা তাথি তাওইনা তৌবা য়াম্না থিনা ফুবিবা, শীজ্ঞ পিথক নীংথিনা তৌবিদবা ক্রুয়েল্টি (Cruelty) য়াম্না চংখে।

শা-উচেক থাদোক্লগা লোইবা অমসুং শা-ঙন, য়ুমশাশিংবু চাউরবা পাক্লবা মনজাবুংদা থাদোক্লগা লোইবদি মীওইবনা শা-ঙাদা চথবা ক্রুয়েল্টি য়াম্না হল্লে। অসিগুম্বা মরমশিং অসিদগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা ইন্টেন্সিভ এনিমেল প্রদক্সন ফার্মিং সিষ্টেম মথং মথং মুখৎপা হৌরে। মসিনা শা-ঙাদা চথবা ক্রুয়েল্টি হল্লবা ঙম্লী। য়ু.কে.(United Kingdom) দা শা-ঙা লোইবদা শা-ঙাগী মফম মরাং কায়না থম্বা, অমদি নেচরগী মওংদা শা-ঙা য়োকপা-থাকপা চংনবা হৌরে। মসিদগী পুথোরকপা শা-ঙাগী পোত্থোক অদুদা ভিটামিন, প্রোটিন শুনা য়াওবা প্রদক্ট ওই। হায়রিবা প্রদক্ট অসি মীয়াম্নসু পাম্নবা য়াম্না হেল্লি। শা-ঙা নেচরগী মওংদা ওপন এয়ার সিষ্টেমদা(Open-Air-System) য়োকপা থাকপনা শা-ঙানা নুংঙাইনা লৈজবা হিংজবা ঙম্মী অমদি এনিমেল ৱেলফিয়ারগী এনভাইরোনমেন্ট অমা মপুং ফংহল্লি।

মীওইবগী চাবা থকপগী ফুট হেবিট(Food-Habit) অসি মনা-মশিং চাবা ভেজিটেরিয়ানলোমদা হেন্না চঙশিনবা হৈনবী অমা ওইবা তাই। এনিমেল প্রদক্ট য়েরুম শঙ্গোম চাবা হকচাংদা ফৈ অদুগা নুমিৎ খুদিংগী মিট চাবগী হেবিট(Meat Eating Habit) থাদোকপা ফৈ। মিট তোয়না তোয়না চাবনা

হকচাং দা ফত্তবা পোকহল্লি। মিটতি চান্দ্রবসু য়াই। মনা-মশিং চাবনা হকচাংবু ফহল্লি, নোর্মেল ওইহল্লি অমদি শেন-থুমগী ফীভম ফহল্লি। মীওইবগী লাইফ ষ্টাইল(Life Style) ফুট হেবিট ভেজিটরিয়ান ওইরগদি এনিলেম ৱেলফিয়ারগী ইসুশিং অসি মপুংফানা নীংথিজনা পাঙথোকপা ঙমগনি।

**********

*"It shall be the fundamental duty of every citizen of India to protect and improve the Natural Environment including forest lakes, rivers and wild life and to have compassion for all living creature" Art. 51 -A(g) of constitution of India.*

## Chapter - 2

# মীওইবনা শা-ঙাগীদমক্তা তৌগদবা থৌদাং

ঐখোয় মীওইবনা শা-ষণ য়োকপদা তৌগদবা মরু ওইবা থৌদাং মঙা লৈ। তৌগদবা থৌদাং মঙা অসি ইংলিসতা হায়রগদি ফন্দামেন্টেল ডিউটি হায়না কৌগনি। থৌদাং মঙা অদুদি ঃ

১) শা-ষণ লোইবদা নিংথিনা মচিঞ্জাক পীজবা তাই। মচিঞ্জাক নিংথিজনা পীজদবা অমদি অরাম থৌরাংবা পোকহন্দুনা কুইনা থম্বা য়াদে। শা ষণবু নিংথিজনা য়োকপী থাকপীদ্রগদি মালনিউট্রিসন ওইরকই।

২) শা-ষণদা শাথিনা ফুবিবা কিহনবা অমদি অৱাবা অরুব্বা পীবা য়াদে।

৩) শা-ষণ অদুনা নুংঙাইনা লৈজনবা সেল্টর(Shelter) মফম পীবা তাই। শা-ষণ অদুনা অইং-অশা অমদি নোংজ-নুংশাদগী ঙাকথোকচবা মফমদা লৈহনবা তাই।

৪) শা-ষণশিংগী অনাবা অশোকপা লায়না তিন্না লায়েংবিবা তাই।

৫) শা-ষণশিংনা মশাগী ওইবা শাজৎ মনিং তম্না চংচবা ঙমহনবা অসিনচিংবনি।

ছাত্র-ছাত্রিশিংনা লাইরিক তম্বদা এনিমেল ৱেলফিয়ারগী মরমদা য়াম্না শেংনা খঙবা দরকার ওই। ছাত্র-ছাত্রিশিংবু লাইরিক তাকপী-তম্বীরিবা

ওজাশিংনসু লাইরিক তাকপীবা মতমদা এনিমেল ৱেলফিয়াগী ইসুশিং ময়েক শেংনা তাকপী তম্বীবা দরকার ওই। ওজা অমদি ছাত্রশিংন শা-ঙাগী মরমদা লাইরিক তম্বদা মরু ওইনা এনিমেল রিছর্স, এনিমেল প্রাক্টিকেল অমদি এনিমেল এক্সপ্রিমেন্ট তৌবা মতমদা মাংজহৌনা খঙহৌগদবা তৌহৌগদবা নিয়ম মরি লৈ। মদুদি ঃ

১) প্রাক্টিকেল এক্সপ্রিমেন্ট তৌগদৌরিবা শা-ঙা জীবশিংগী মশিং য়ারিবমখৈ হন্থহনবা তাই। মসিগী মরমসি শা-ঙা জীবদা এক্সপ্রিমেন্ট তৌবা মতমদা শা-ঙাদা অৱাবা অনাবা পী। করিগুম্বা মতমদদি শা-ঙা অদু হাৎপা তারকই।

২) তৌগদৌরিবা প্রাক্টিকেল এক্সপ্রিমেন্ট অদু অশেংবা অচুম্বা অমা ওইগদবনি। মসিগী মরমদি শা-ঙা হাৎলগা প্রাক্টিকেল এক্সপ্রিমেন্ট পংতৌ তৌবা য়াদে। প্রাক্টিকেল এক্সপ্রিমেন্ট তৌদুনা ফংখিবা অচুম্বা রিজল্ট অদু রেকোর্ড তৌদুনা মতুংগী প্রাক্টিকেল তৌবদা শীজিন্নবা থমগদবনি। চপ মান্নবা রিজল্ট, চপ মান্নবা প্রাক্টিকেল শা-ঙা হাৎলগা হন্জিন হন্জিন্না তৌবা য়াদে। মরম চাদবা খঙবগীসু কান্নবা লৈতবা প্রাক্টিকেল শা-ঙা হাৎলগা তৌবা য়াদে।

৩) শা-ঙা হাৎলগা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা প্রাক্টিকেল তৌদুনা শা-ঙাগী কয়াৎ ওর্গানশিং খঙনবা তম্বগী মহৎতা প্লাষ্টিক মোডেলদা শেম্বা শা-ঙাগী কয়াৎশিং চপ মান্ননা তম্বা য়াই। হৌজিক্কি মতমদদি শা-ঙাগী কয়াৎশিং অসি কম্প্যুটরদা ময়েক শেংনা তম্বা য়ারে। খুদমদি কম্প্যুক্লোগ, কম্প্যুরেট অসিনচিংবনি। পুম্নমক অসিগী অথদি অহিংবা শা-ঙাগী মহৎতা মান্নবা শেম-শাবা নন- এনিমেল টক্নিক(Non-Animal Technique) ওইনা শিজিন্নবনি।

৪) রিছর্স অমদি এক্সপ্রিমেন্টতা শীজিন্নরবা শা-ঙাশিং অদু নিংথিজনা পীজ-পীথক অমদি য়োকপী থাকপীদুনা লায়েংবিদুনা রিহেব্লিটেসন তৌবা দরকার ওই। এক্সপ্রিমেন্টেল এনিমেলশিংদা এনিমেল ৱেলফিয়ারগী দরকার ওইবা মচাকশিং অদু পীবা তাই।

মীওইবনা এনিমেল বেলফিয়ারগী মরমদা খণ্ডবগা লোয়ননা অতোপ্পা মরী লৈনবা এনভাইরনমেন্টকি মরমদসু খণ্ডবা তাই। অতোপ্পা হিরমশিংদি ইকোলোজি, বাইও-ডাইভর্সিটি, সষ্টেনেবল ডিবলপমেন্ট অমদি মীওইবগী চাবা থকপগী পুন্সি মহিং ভেজিটেরিয়ানিজম মরমদা মুন্না খণ্ডজিনবা তাই। হায়রিবা হিরমশিং অসি ছাত্রশিংনা মমুৎ তানা খণ্ডবা-তন্বা দরকার ওই। অমগা অমগা মরী লৈনরিবা হিরমশিং অসি মুন্না খণ্ডদ্রগদি এনিমেল বেলফিয়াল অমদি মসিগী এনভাইরনমেন্ট করম্না ঙাক্তনি থমগনি হায়বা নিংথিজনা খণ্ডবা ঙম্লোই। এনভাইরনমেন্টকি মরী লৈনবা হিরমশিং অসি মীওইবনা মুন্না খণ্ডহৌদবা অমদি জ্ঞান লৈহৌদবদগী মীওইবগী পোপুলেসন এক্সপ্লোসিভ ওইরকপদগী গ্লোবেল পোভর্টি, লাইরবা মীশিং হেনগৎলকপা, জঙ্গল কোকথোকপা ডিফোরেষ্টেসন, অইং-অশা বাংখৎলকপা গ্লোবেল বার্মিং এণ্ড ক্লাইমেট চেঞ্জ, লৈবাক লৈহাও বাংশিল্লকপা, পাং তুরেলগী ঈশিংদা অমোংপা ফত্তবা শেংদবা পোংশক য়াওশিল্লকপা অমদি এনভাইরনমেন্ট পোলুসন হেনগৎলকপা অসিনি। মীওইবগী ডিবলপমেন্টকি লমদা হেন্না চঙশিল্লকপদগী ইনর্জি কঞ্জুমসন হেনগৎলকই।

এনভাইরনমেন্ট পোলুসন ওইরকপা, মীওইবগী হোংলক্লিবা লাইফ ষ্টাইল অসিনা মরম ওইদুনা মীওইবগী হকচাংদা লায়না তিন্না কয়া নাহল্লি। শা-ঙাদগী মীদা লায়না তিন্না কয়া লৌনরক্তুনা নাহল্লি। থম্মোয়গী লায়না, হকচাং চাউখৎপা ওবেসিটি, ঈশিং-পুকচৎকি লায়না, খোং-খুৎ তাংতাং চিকপগী লায়না অমদি কেন্সর লায়না মীওইবদা নাবগী চাং হেনগৎহল্লি। মসিনা তাকপদি মীওইবনা লৈরিবা এনভাইরনমেন্ট অসি পোলুসন ওইরে হু চেল্লে হায়বনি। ঐখোয়গী চাবা থকপগী হৈনবী ফুট হেবিটতা হু চেনবা, মহিক চেনবা পোংশক অদু হকচাংদা চঙলকই। হু চেল্লবা বাইও-কমিকেলশিং অসি মনা মশিংদা য়াওবদগীদি শাগী মিংতা য়াওবনা হেল্লি। হায়রিবা হিরমশিং অসি মুন্না খণ্ডবগা লোয়ননা ঐখোয়না করম্বা চিঞ্জাক চাগদগে হায়বা ফুট চোইস(Food Choice) অমা খণ্ডবা দরকার ওই। ফুট চোইসগা এনিমেল বেলফিয়ারগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মীওইবগী হকচাংগা এনভাইরনমেন্টকা মরী লৈনরিবা ইকো-সিষ্টেম হেলঠ মুন্না খণ্ডবা তাই। মসিগা লোয়ননা বাইন্ড লাইফ বেলফিয়ারগী মরমদসু খণ্ডবা

তাই। মীওইবগী হেল্‌ঠ অমদি এনভাইরনমেন্টকা অফবা মরী লৈনরিবা অদু এনভাইরনমেন্ট পোলুসন হেন্না ওইরকপদগী মহিক চেল্লব লায়না তিন্না কয়া শন্দোক্লি। লায়না তিনাশিং অদুদি বার্ড ফ্লু,(Bird Flu) স্বাইন ফ্লু,(Swine Flu) ঐচআইভি, মোঙ্কি পোক্স, লিম ডিজিজ(Lyme Disease) অসিনচিংবনি। হায়রিবা লায়নাশিং অসিনা মীওইবগী পোপুলেসনদা অকিব। অম পোকহল্লে। এনিমেল বেলফিয়ার অমদি হ্যমেন এনভাইরনমেন্ট নিংথিজনা থম্বগীদমক্তা ফোলার কয়াদগী মীয়াম্না খঙবা মথৌ তারি।

***************

*" The greatness of a nation and its moral progress can be Judged by the way its animals are treated"*
*- Mahatma Gandhi -*

# Chapter - 3

# শা-ষণগী মপু ওইবা

এনিমেল রেলফিযাব নিয়মগী মতুং ইন্না শা-ষণ লোয়গে অমদি শা-ষণগী মপু ওইগে হায়বগাদি শা-ষণগী লৈফম থম্ফম হায়বদি শঙ্গোল, হুইকোল হান্না শেম্বা শাবা দবকাব ওই। শা-ষণগী লৈফম থম্ফম লৈত্রগদি শা-ঙা লোযদবা থমদব [illegible]গাই। শা-যণগী লৈফম নিংথিজনা লৈত্রগদি শা-ষণ লোয়রোইদর্বান। শা-ষণ লোয়বদা শা [illegible]ষণগী মপু অদুনা নোংমদ' মতম খবা কাযথোক্কুনা থম্নায য়াওনা ইস্টরেষ্ট [illegible]মগা লোয়ননা মহাক্কী শ'-ষণ অদু ঙকপী শেনবীবা দবকাব ওই লোযন-লোয়ননা লায়না তিলনা নাববা শা-ষণবু লায়েংবিবা দবকার ওই। এনিমেল রেলফিয়াব নিয়মগী মতুং ইন্না শা। ঙাশিং অসি মতম চুপ্পদা ফাজিন্দুনা পুর্নাশিন্দুনা থম্লোইদবনি মতম চুপ্পদা পুনশিন্দুনা থম্লগদি শা ঙাদ' অর্য়া-অনা শা। চাঙখৎলবা লৈবাক য়ুকেদা শা-ষণ লোযবা মতমদা মতম চুপ্পদা থাদোক্কুনা শম্মী। শঙ্গোম শুম্বা মতমদা, লায়েংবা মতমদা মতম খরখক্কগী ওইনা পুনবা খক্কনি। মসিনা তাকপদি শা-ষণ লোযবা হাযবসি নেচরগী মওংদা অফা-অপুন য়াওদনা মনিংতম্বগী মওংদা শা-ষণ য়োকপনি।

শা-যণগী [illegible] নত্তনা [illegible]চেক ম[illegible]ওইনা যেন ঙানু খুনু লোয়[illegible] মতমদা মথোযগী দব[illegible] [illegible]বা মফম স্পেস মনাং কায়না পীদুনা মশা চ[illegible]ক চংশিন [illegible] মফম [illegible]নাং [illegible]য়না লৈজগদবান। হোজিক্কী মতমদা শা উচেকশিং

অসি পোলদা য়োকপা কেজিং সিষ্টেম(Caging system) চংনদ্রে। য়েন, ঙানু, খুনু মশিং য়াম্না কুংনা থম্বা অসিনা শাউচেক্কী মশাদা ৱিংদা শোকহল্লি। হৌজিক্কী মতমদা হল্লা নুংশিং মরাং কায়না ফংবা, মফম মরাং কায়না লৈবা ওপন রেঞ্জ সিষ্টেমদা শাউচেক লোয়বা চংনরে। মসিদগী পুথোরকপা পোখোক য়েনশা, য়েরুমশিংদা ভিটামিন এ গী শরুক য়াম্না য়াওই। মসি চাবদা মীওইবগী হকচাং ফহল্লি। শাউচেক লোয়বা থম্বা হায়বসিদা জঙ্গলগী শাউচেকশিংদি ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট ১৯৭২ গী মতুং ইন্না যুমদা য়োকপা য়াদে।

শা-যণগী মপু ওইরিবশিংনা মহাক্কী শা-যণ অদু মশক খঙবা দরকার ওই। শা যণ মশক খঙবা আইদেন্টিফিকেসন হায়বদি মাগী শা-যণ অদু মচি শাংঙি, মচু ঙৌই, মমৈ লাংঙি-তাংঙি হায়বনিচিংবা খঙবা দবকাব ওই। মসিনা করিগুম্বা কান্দা শা যন অদুনা মাংখিবা থোকপা মতমদা মীঙোন্দা হংবা মতমদা শা যন অদুগী মরী মখোং হংবদা মতেং পাংই। শা- যনগী মপুনা মাগী শা যন অদু নুমিৎ খুদিংগী অমুক্তংদি য়েংশিনবা দরকার ওই। মসিনা শা যণ অদু লায়না তিন্নানা নাবরা হায়বদু খঙদোকপা ঙম্মী। মসিনা শা যন অদুদা হিদাক লাংথক কাপ্পা অমদি ভেক্সিনেসন তৌবদা মতেঙ পাঙই।

এনিমেল বেফিয়ারগী নিয়ম মতুং ইন্না শা যন লোয়নিংলিবা মপুনা শা যন লৈবা মতমদা শা যন নিংথিনা থম্বীরম্বা য়োকপীরম্বা মফমদগী লৈগদবনি। শা যন হায়বা অসিসু নুংশিনা য়োকপী থাকপীরগদি মীওইবগুম্না ঈং-তম্মী। মতাং অসি পনবা য়াবদি কনাগুম্বনা হুই মচা লোয়নিংলগদি হুই মচা লৈবা মতমদা হুই মপীগা মচাগা মতম লৈবা খিবিক্তো নুংশিনা লোয়নদুনা লৈরম্বা মফমদগী লৈগদবনি। মসিনা হুই মমাগা হুই মচাগা নুংশিবগী মরী অদু লৈনৈ। কৈদৌঙৈদা হুই মপী য়াওদনা তোঙান্না হুই মচা ঙাক্তা য়োনবা হুই লল্লোনবা মফমদগী হুই মচা লৈরোইদবনি।

এনিমেল বেলফিয়ার নিয়মগী মতুং ইন্না ঐখোয়না য়ুমশা হায়না লোইরিবা হুই অসিসু পোপুলেসন কন্ট্রোল তৌবা দরকার ওই। মরমদি হুই অমোম অমনা চহি অমদা মচা অমুরক অনিরক কোকপা য়াওই। মসিনা হুইগী মশিং হেন্না হেনগৎলকই। হুই মপুশিংনা হুই মচাশিং নিংথিনা শিজ্জ পীথক তৌবা ঙমদবদগী

লৈকায় খাংবা লাল্লক্তুনা ষ্ট্রিট দোক(Street Dog) ওল্লকই। ষ্ট্রিট দোগ অমগা অমগা মচা পোক্লক্তুনা লম্বী সড়ক্তা ষ্ট্রিট দোক্কী মশিং পোপুলেসন হেনগৎলকই। ময়াম্না হায়রিবা হুই অঙাওবগী লায়না অসি ষ্ট্রিট দোগনা শন্দোকপা ঙাক্তনি। ষ্টিট দোগ পোপুলেসন কন্ট্রোল তৌনবগীদমক হুই অমোম্না মচা অমুরক অনিরক কোক্লবা মতুংদা হুই অমোম নত্রগা লাবদা মচা পোক্তনবা সর্জিকেল নিউটরিং তৌনৈ। হৌজিক হৌজিক ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা এনিমেল বার্থ কন্ট্রোল প্রোগ্রাম অমদি রেবিজ ভেক্সিনেসন পাঙথোক্লি। মসিনা হুই অঙাওবগী লায়না শন্দোকপা লায়না থিংই। এনিমেল ৱেলফিয়ার নিয়মগী মতুং ইন্না নেচরগী খাংমদা শা ঙাশিংদা মচা হেন্না পোকহনবা য়াদে অমদি ঐখোয়না ফজহল্লিবনি হায়দুনা হুই মনা ককথংপা, হুই মমৈ ককথংগা য়াদে। হায়রিবা মতৌ অসি অতৈ অতোপ্পা শা ষনশিংদসু তৌবা য়াদে।

***************

*" We are never satisfied but the animals are easily satisfied" - RukminiDevi Arundale*

## Chapter - 4

# কম্পেনিয়ন এণ্ড ফার্ম এনিমেলস

মীওবনা শা-ঙা লোইবা য়োকপা থক্কী মওং মতৌগী মতুং ইন্না যুমশা অসি মখল অনি থোক্লা খায়দোকই। অহানবদা কম্পেনিয়ন এনিমেলস(Companion animals)। কম্পেনিযন এনিমেলস গ্রুপ্তা চল্লিবা শাশিংদি খুদম ওইনা পল্লবদা হুই, হৌদোংনি। উচেক্তা হায়রগনা তেনবা হায়বা য়াই। হাযবিবা শাশিং অসি মীওইবনা ইমুং মনুংগী মীওই ফেমিলি মেম্বর অমা ওইনা লৌই। এখুগ মীওইবনা নুংঙাইগী চারিবা চীঙ্গাক খুদিংমক শাশিং অসিদা পীজে। নুমিৎ খুদিংগী শাশিং অসিনা ঐখোয়গা চংমিন্নে শান্নমীন্নে হাযবা য়াই। কম্পেনিয়ন এনিমেলস অসি মীওইবনা মরুপ অমগুম্না লৌই। মীওইবনা কম্পেনিযন এনিমেলসশিংদা তাথি-তা ওইবা ক্রুয়েল্টি কয়া চথদে। অনীশুবগী মখলগী মীওইবনা লোইবা শাশিংদি ফার্ম এনিমেলস হাযনা কৌই। ফার্ম এনিমেলস হাযবগা খঙনবিবসি য়েন, ঙানু, মঙ, ইরোই, হামেং অসিনচিংবনি। হায়বিবা শাশিং অসি মীওইবনা চিঙ্গাকীদমক লোইবনি। শাশিং অসি লোইদুনা য়োক্লুনা মীওইবগী হিংবগী মচাক ওইহল্লি অমদি শেনথুমগী ফীবম ফগৎহল্লি। শাশিং অসিবু মীওইবনা চীঙ্গাক ওইনা শীজিন্নবা অমদি শেন্দোং য়াম্না ফংনবা হোৎনবদা শাশিং অসিবু নিংথিজনা পুথোক পুশিনবা তৌবীদবা অমদি নীংথিজনা নিয়ম নীতি চুম্না হাংপিদবনা শাশিং অসিদা তাথি-তা ওইনা তৌবগী ক্রুয়েল্টিগী চাং যাম্না য়াংঙ। মবম অসিনা শা উচেকশিংবু কম্পেনিয়ন এনিমেলস ওইনা যোক্লিবা অমদি ফার্ম এনিমেলস ওইনা শেন-হুমগী ফীবম ফগৎনবা য়োক্লিবা

মীওইবনা শা উচেকশিংগীদমক্তা মিনিমম এনিমেল ৱেলফিয়ার ষ্টেন্দার্দ থমগদবনি।

ঐখোয়না শা ষণগী পোত্থোক হায়বগা খণ্ডনবিবসি শাগী মিট, য়েরুম শঙ্গোম, শাগী ফিন, শাগী মতু, শজি মচি পসিনচিংবনি। হায়বিবা পোত্থোকশিং অসি ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নৈ। শা ষণ জীববু নুংশিজবা ঐখোয়না শাগী পোত্থোকশিং অসি কবম্না পুথোরকপনো, করম্না মীযামদা ফংহল্লকপনো হায়বদু খণ্ডদোকপা অমদি দবকাব ওই। খুদম অমা চহি খবগী মমাংদা জপান্দা লৈবা কম্পেনি খবনা চ'ওখত্তবা লৈবাক খবদগী শাগী পোত্থোকশিং অসি লৈরগা প্রোসেস তৌববা মতুংদা শাগী পোত্থোকশিং অদু চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা যোল্লি। মসিদা শেন্দোং য়াম্না ফংদুনা এনিমেল ট্রেদ(Animal trade) হেনগৎলকই। মবম অসিনা জঙ্গলগী শা উচেক যুমশা হাৎপগী চাং যাম্না লাংখৎলকই। হায়নিবা ফীভম অসি উবদগী শা ষণবু নুংশিজবা এনিমেল লভব (Animal lover)কযানা জাপন্দা চত্তুনা প্রোটেষ্ট তৌদুনা কা হেনবা এনিমেল ট্রেদ থিংগদবনি হায়না স্লোগান কয়া লাউখি।

ঐখোয় মীওইবনা খণ্ডগদবা অমনা ঐখোয়না চাবিবা শা ষণশিং অসি হাৎত্রিঙৈগী মমাংদা তম্মথিনা ওৎপা নৈবা চথলবা মতুংদা হাৎলগা শাগী মিট ওইনা য়োল্লকপবা হায়বদু খণ্ডবা অমদি দবকার ওই। শেল য়াম্না ফংঙি হায়দুনা ষণবী অমদগী নোংমদা শঙ্গোম অহুম্লক শুমদোকপদগী ষন্নাও মচা অদু মালন্যুট্রিসন হায়বদি চি থুংদুনা শিবা য়াওই। ঐখোয মীওইবনা শা ষণগী পোত্থোক অসি চাবা শীজিন্নবা মতমদা ক্রুয়েল্টি ফ্রি এনিমেল প্রদক্ট(Cruelty free animal product) ওইগদবনি। ক্রুয়েল্টি ফ্রি এনিমেল প্রদক্ট ওইদ্রগদি ঐখোয়না মদু চারোই থাক্রোইদবনি। মীওইবনা শা ঙা চ'বা, য়োকপা থাকপা অমদি শাশিংবু শীজিন্নবা মতমদা মিনিমম এনিমেল ৱেলফিয়াব ষ্টেন্দার্দ মেণ্টেণ্ড তৌগদবনি।

হৌজিক্কী মতমদা মীশিং হেনগৎলকপগী মরমনসু ওইরম্বা য়াই মদুদি ঐখোয় মীওইবনা শাগী মিট চাবগী ----- হেনগৎলক্লি। ভেজিটেবল চাবগা মিট চাবগা করম্বনা হেন্না ফবগে ----- খণ্ডবা দরকাব অমা ওই। ভেজিটেবল চাবনা ঐখোয়গী শেনখুমগী চাদিং চম্বহল্লি অদুগা চীঞ্জাক্কা হকচাংগা মরী লৈনবনা য়াথল শান্তি ধন্না ওমহল্লি। চিন, লৈ, যা, থিবোং-থিরিল মপাঙ্গল কলহল্লি।

মিট চাবগী কান্নবনা মতম খরগী ওইবা হকচাং পাঙ্গল কলহল্লি, হকচাং নোয় পেলহল্লি। অদুবু শাগী মিট লৈবদা মমল বাংবা মরম্না ঐখোয়না শেল হেল্লা চাদিং তৌই। শা যণ জীববু নুংশিবা মীওইনা শা চাবা পাল্লগসু চাং হন্নহল্লি। শাগী মিট চাবগী চাং হন্নহনবগী পান্দমদা পৃথিবীগী ওইনা মার্চকী তাং ২০বু শাগী মিট চাদবা নুমিৎ হায়না পালন তৌরি। মীওইবনা খণ্ডজিনগদবা অমনা মী অমনা শা যণগী সেবা অমত্তা তৌদ্রগসু, মহাকনা শা যণগী মিট অমত্তা চাদ্রগদি মহাক অদু শাষণ, উচেক-ৱাইয়া, জীবশিংবু নুংশিজবা মী অমনি হায়না কৌবা য়াই।

হৌজিক্তি ভেজিটেবলনা শেন্না ফুড প্রদক্ট ময়াম অমা লৈরে। মেগী, চৌ, সোয়াবিন্না শেন্না ফুড খরদি মিটকা চপ মান্ননা উই। ঐখোয়না ভেজিটেবল চৌ চাবগা চিকন চৌ চাবগা মহাও অনী অসি য়াম্না খেন্নবা করিসু লৈতে। শাগী মিট তোয়না তোয়না চাবনা য়াগী মপুন্সি তেলহল্লি, স্বর নমথিহল্লি, থিবোং-থিরিলগী মপাঙ্গল শোলহল্লি। মীওইবনা শা যণ জীবশিংবু নুংশিরগদি শাগী মিট চাবগী চাং হন্নহনবা তাই। মীওইবনা মনা মশিং ভেজিটেবলখক্তা চারগদি এনিমেল ৱেলফিয়ারগী লমদা থবক তৌবদা য়াম্না অচৌবা মতেং পাংগি।

***************

*" There is no greater truth than compassion"*

*- Smt. Rukmini Devi Arundale -*

# Chapter - 5

# শা-উচেকশিংবু কনবীবা

ঐখোয় মীওইবগী মীশিং পোপলেসন অসি নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি অদুগা অমাবোমদনা শাঙাগী মশিং অসিনা নোংম নোংমগী হল্লরক্লি, অদুগা খন অমদি মুৎপা ফাওবা য়াওব্রে। মীশিং হেনগৎলকপনা মরম ওইদুনা মীওইবনা শাঙাশিংদা ফুবিবা ওৎপা নৈবগী চাংসু হেনগৎলক্লি। মরম অসিনা শাঙাদা ফুবিবা ওৎপা নৈবা থিংগে হায়রগদি ঐখোয়না করিগুম্বা খর তৌবা তাই।

**অহানবদাঃ** ঐখোয়না কবিগুম্বা কান্দা মীওই খরনা শাষণশিংবু য়াম্না শাথীনা ফুবিবা, শাষণশিংদা নুঙনা কল্লা থাবিবা, শাউচেক ফাবিবা উবগদি হায়রিবশিংসি তৌদনবা মীওইশিং অদুদা হায়বা তাই। মসিদা ঐখোয়না তুমিন্না যেংদুনা লৈথোক্লোইদবনি। অসিগুম্বশিং অসি পুলিস্তা পাউ পীবা য়াই।

**অনিশুবদাঃ** শাঙা হায়বসি ঐখোয় মীওইবগুম্না নুংঙাইবা অমাবা ফাওবগুম্না শাঙাদসু ফাওই হায়বা ঐখোয় মীওইবনা খঙগদবনি।

**অহুমশুবদাঃ** ঐখোয়না পাউচে, মেগাজিন্দা শাঙাশিংবু ওৎপা নৈবা থিংবগী আর্টিকল কয়া ইরগা হাপ্লা তাই।

**মরীশুবদাঃ** স্কুলগী ওজাশিংনা পীক্লিবা অঙাংশিং মহৈবোয়শিংদা শাউচেকশিংবু নুংশিবগী পাবা তম্বীবা তাই। পীক্লিবা অঙাংশিংনা নাওরি পাযদুনা,

লাং থাক্নুনা শাউচেক হাংগা তশ্বীরোইদবনি।

**অরোইবদাঃ** যুমশা লোইরীবা মপুশিংনা যুমশাবু নীংথিজনা ঙাকপি শেনবীবা ঙমদ্রগদি শাঙা লোইরোইদবনি। শাঙা লোইবা মপুগী মথৌ মশক খঙবা তাই। ঐখোয়না চীং-মান্দগী শাউচেক মরম লৈতনা ফারোইদবনি। ঐখেয়না মখোয়বু য়ুমদা থম্বা য়াদে। চীং মান্দা জঙ্গলদা লৈগা শাউচেকশিংদি চীং মান্দা লৈজগদবনি অদুগা য়ুমশানা মীওইবগা লৈমিন্নগদবনি। পৃথিবীগী মীশিং পোপুলেসন হেনগৎলক্লিবা অসি খর কন্টোল তৌরগদি শা ঙগী পোপুলেসন্দা খর হেনগৎহনবা ঙমগনি।

শাষণ হায়বসিদা ঐখোয় মীওইবনা নঙ মদু তৌ নত্রগা তৌগনু হায়বা য়াবা নত্তে। শাঙাদা মদু তৌনবগীদমক ঐখোয়না মখোয়বু খর ফুবা য়াই অদুবু ফুবা অদুদা য়াম্না শাথিনা ফুবীবা, ঈ য়াম্না থোকপা, মখোঙ তেকপা, মামিং তাঙবা থোক্লগদি মদু শাষণ ওৎ নৈবা নত্রগা তমথীনা তৌবা হায়না লৌগনি। শাঙাদা চৎকদবা নিয়ম খর লৈ। মদুদি ঃ

১) শাঙাদা কাহেন্না ফুবীবা, শাষণদা কা হেন্না পোৎ মযাম অমা হাপচিল্লগা ষণগাড়িদা পুহনবা, কাহেন্না থবক শীজিন্নবা য়াদে। শাষণগী মশাদা অনাবা লৈবা মতমদা মখোয়বু থবক শীজিন্নবা য়াদে।

২) শাষণদা হিদাক কাপশিনলগা মখোম-শঙ্গোম হেন্না থোকহনবা শুদোকপা য়াদে।

৩) শাঙা পুবা মতমদা মরুওইনা উচেক, য়েন ঙানুশিং অসি মথক মখা ওন্নরগা হায়বদি মখোংনা সাইকলদা নত্রগা মোটোর গাড়িদা পুনশিল্লগা মকোক্লা মখাদা য়াম্থরগা পুই। অসুম্না মখোয়বু পুবা য়াদে। নীংথিজনা পুনিরগা নিয়ম নিতি চুম্না হাংগা তাই।

৪) শা-য়েন য়োকপা থম্বা মতমদা কুংনা চিন্না থম্বা য়াদে, মশা চখোক চৎশিন তৌবগী মক্ষম মরাং কাইনা লৈগদবনি।

৫) শাষণ অমদি হুইশিংবু য়াম্না তেনবা থৌরিনা পুনবা য়াদে অমদি নুমিৎ চুম্না থৌরিনা পুন্দুনা থম্বা য়াদে।

৬) ফজহল্লিবনি হায়দুনা হুই মমৈ,মনা ককথৎপা অমদি ষণগী মনা ককপা য়াদে।

৭) য়েন কাওনবা হমেং বাইনহনবা য়াদে, শাউচেকশিংবু সরকস(Circus) তৌহন্নগা শেল তানবা য়াদে।

৮) জঙ্গলগী শাউচেক ফারগা য়ুমদা লোইবা য়াদে। শাউচেক ফাবা-শাদানবা য়াদে।

৯) শাঙা হাৎপা মতমদা শা অমবু শা ময়ামগী মমাঙদা হাৎপা য়াদে। চৎনবী নত্রগা ধর্মগী মিংদা শাঙাবু বালি তৌদুনা হাৎপা য়াদে।ক্লাস(১০+২) ফাওবগী মনুংদা লৈবা মহৈরোইশিংনা শাঙা হাৎলগা সাইনকী ওইনা চায়েং অমদি ডাইষ্টেসন(Dissection) তৌবা য়াদে। শাষণ য়োকপী থাকপীবা ওন্নোইদবা মীনা শাঙা য়ুমশা লোইবা য়াদে।

১০) শাঙাশিং অসি মীওইবনা চান্নবনি-চিঞ্জাক্লি হায়দুনা শাঙা হাৎত্রিঙৈগী মমাংদা ওৎপা নৈবা, ক্রুয়েল্টি চৎথবা তৌবা য়াদে। নিংথিজনা নিয়ম নিতি চুন্না শা ঙাবু পূবীবা-হাৎপীবা তাই।

***************

*" Concern for all living creatures in a sign not only of kindness but also of culture and breadth of human interest"*

*- D. Glova -*

## Chapter -6

# শা-উচেকশিংগা মরুপ ওইবা

ঐখোয়না শাউচেকশিংবু নুংশিবীবা অমদি মরুপ মশাং ওইনা হিম্মিন্নবা হোৎনবদা ঐখোয় মীওইবনা করিগুম্বা খর তৌবা তাই। ঐখোয়না তৌগদৌরিবা থবক অদু অরাবা করিশু নত্তে। ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী তৌগদবা ইথৌসু নত্তে। অহানবদা ঐখোয়না করিগুম্বা খরদি পাওখোকপা তাই মদুদি, ঐখোয়না য়ুমগী ইংখোলগী অকোইবদা হায়বদি ইংখোলগী মতায় মতাং পুম্নদা ঐখোয়নসু চাবা য়াবা, উচেকশিংনসু চাবা য়াবা, উহৈ পানবা উ পাম্বী শাক্তো পরেং শানা থাবা তাই। উহৈ পানবা উ খবগী মামিং হায়রবদা জাম পাম্বী, নীম পাম্বী, হৈনৌ, পুংদোন পাম্বী, মনালৈ অমদি মনা পুংবা উ পাম্বী খর থাবা য়াই। হায়বিবা উপাম্বী অসিদা উচেকশিংনা উহৈ চাদুনা অমদি উপাল অদুদা তোংদুনা অহিং নুংথিল য়াবেকই। ঐখোয়না তৌগদবা অমনা ইংখোলগী অকোইবদা য়োংনা শম্বল থাবগী মহুৎতা মহৈ জবুল জবুল পানবা শম্বলৈ হনগং তিংখং, শামু তিংখং পাম্বী ময়াম অমা পরেং শাংনা থারগদি ইংখোলগী শম্বলসু ওইবা, মৈশিং খাবাসু য়াবা অদুগা অমনা শম্বললৈ পাম্বীগী অমুনবা মহৈ মচা মচাশিং অদু উচেক মচা কয়ানা পাম্না চাবসু য়াই। ঐখোয়না তৌগদবা ইথৌ হায়বদু লৈকাইগী উচেক ফাবা, নাউরি পায়বা অঙাংশিং ইংখোল অদুদা চংহন্দবা অদুখক্তনি। ঐখোয়না উচেকশিং অদুদা নুংঙ্গিৎ খুদিংগী মটিঙাক থাবগী য়াকম লৈত্তে। ঐখোয়না উচেকশিংবু শাকপী শেনবীবা প্রোটেক্সন পীবা অদুখক্তনি। অদুগা অমনা ইমুং

অমগী চাবা পকপগী অরেম অথাকশিং অদু হেক্তা লাংথোকপগী মহৎতা পাত্রা অমদা নত্রগা চেদা / লাদা হাপ্লগা মকম চাবা অমদা থম্বা অদুনি। অহিং নুংথিল চাকতাবা হুই হৌদোং উচেক বাইয়া কয়ানা চাজবা কংজনবনি। অসুম্না তৌরগদি ঐখোয়না শা উচেকশিংদা নুংশিবা উংলে অমদি যুম ইংথোন্দা মখোয়গী চংজকম (Shelter)পীরে। মসি ঐখোয়না ঈশ্বরদা নুংশিবা উৎপগা চপ মান্নে। খগুজিনগদবা অমনা ঐখোয়না শাউচেক নুংশি হায়দুনা মখোয়বু ফাদুনা যুমদা পোলদা য়োক্লগদি মদু শা-উচেক নুংশিবগী খুদম নত্তে। শাউচেকশিংদি মনিংতম্না পাইজগদবনি। অজগী শাউচেক ফাবা য়োকপা য়াদে।

মীওইবনা শাবশিংবু নুংশিনা লোইনবিবা শেন্নবিবা অসি ঐখোয় মীওইবগী তৌগদবা মথৌ অমনি। অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয় মীওইবগী মীশিং পোপুলেসন য়াম্না হেনগৎলকপনা মরম ওইদুনা শাবশগী লৈফম চাফম যথাবুং কয়া অমা মাংখরে। চাওখৎপগী লমজেল তান্নবকপনা মবম ওইদুনা শাউচেক্লা লৈজবা চাক্তবা লমহাং-তুমাং যণগাবুং কয়াগী মফমশিংদা স্কুল কলেজ ময়াম অমা শাগৎখিবা, শান্নবুং ষ্টেডিয়ম ওইশিনখিবা, সরকাবগী ওফিস, ইন্দষ্ট্রি ফেক্তরি অমদি মলটি পরপজ প্রোজেক্ট কয়া পাইখৎলকপনা মরম ওইদুনা অহাংবা ভরজিন লেন্দ(Virgin land) লৌশিন্নক্তরে। মবম অসিদগী শাউচেক্তা মীগা লৈফম চাফমদা য়েৎশিন্নবা অমা লাক্লে। মীওইবনা শাউচেক অমদি শাষণদা ফুবিবা তাথি তাওইবা তৌবগী চংসু হেনগৎলক্লে। থায়নাগী অতল লমন্না হায়বম্বা অমা লৈ মদুদি "মতম অদুদা মখোয়না শা-ষণ লোয়বদি লমহাং তুমাংদা থাদোংক্লুনা লোই। মখোয় মখোয়গী শা-ষ পদুখক্তং মশক খগুলগা লোইবে। শাষণ লোইবগী শেন্নবীবগী অব্রাবা লৈগে।" মসিনা তাকপদি মতম অদুদা মী অমসুং শাবশিংনা হিংবদা মনিং তম্না হিংশি হায়বনি। হৌজিক্তি মী অমনা জর্সি যণ অমা লোয়দুনা চহি ২/৩ শঙ্গোম পুথোক্লুনা য়াম্না কান্নবা ফংলে।মদুগী মতুংদগী যণ অদুনা শঙ্গোম খজিক্তা থোক্লগদি অব্রামন অমদি শেনথোক মাংতি হায়দুনা যণ অদু মিট পরপজগীদমক(Meat purpose) য়োত্থোকখরে। মসিগী যণ খুৎলোই অসিদি হৌজিক্কী মতমগী ওইবা ইনটেনসিভ ডাইরি ফার্মিংনি (Intensive Dairy Farming)। মসি হায়বদি শেন্দোং প্রোফিট

মেকিংনি(Profit Making)। মহৌশাগী নেচরগী মওংদা ওপন রেঞ্জ সিসটেমদা মীনুংশিগা লোইননা শাষণ লোইবা অদুগদি থেংনরে। য়াম্না অঙকপা অরানবা তৌহৈদবা অমনা ইন্দিয়াগী ষ্টেট সহর খরদা লোম্না অরানবা মওংদা ষণশিংদগী শঙ্গোম হেন্না পুথোক্নবা ওক্সিটোসিন ইনজেক্সন (Oxytocin Injection) শিজিন্নৈ। তশেংবগীদি হিদাক অসি মচা পোকপা ওম্নবদা শিজিন্নবা ইনজক্সনি। অদুবু ষণ লোইবা মী খরনা লান্না শিজিন্নৈ। মসিনা ষণবীশিংনা মশা শোকহল্লি রাহল্লি। হিদাক অসি য়াওবা শঙ্গোম অদু থক্নবা ঐখোয় মীওইবসু হকচাং শোকহনলি। হিদাক অসি হোর্মোননি। হৌজিক্তি মসি থিংবা ফাবা হৌরে। ফুড এণ্ড ড্রগ এদল্টরেসন প্রিভেন্সন এক্টকী মখাদা অথিংবা ওম্বনি। অসিগুম্বা অরানবা অসি মীওইবনা শাষণদা থবক ওইনা থবক ওইনা তৌরোইদবনি। শাষণশিংসু মীওইবগুম্না থবায় পানবা জিবা অমনি।

***************

*" O Lord of love and kindness who created the beautiful earth and all the creatures walking and flying in it, so that they may proclaim your glory, I thank you to my dying day that you have placed me amongst them"*

*-St. Francis of Assisi -*

## Chapter -7

# ইকোলোজিকেল বেলেন্স

ঐখোয মীওইবা হায়বা অসি পৃথিবীদা লৈরিবা অহিংবা কাংলুপ ময়ামগী মনুংদা মরুওইবা অচৌবা কাংলুপ অমা ওইরি। ময়াম্না খঙনরি মদুদি পৃথিবীদা লৈরিবা কাংলুপ অমা মাঙথ্রগদি মদুগী মরি লৈনবা কাংলুপ অমসু মাঙগনি নত্রগনা বেলেন্স অদু কায়রক্লগদি কাংলুপ অমগী মশিং হেন্না হেনগৎলক্কনি। খুদম অমা হেক্তা হায়ববদা মীওইবগী মীশিং পোপুলেসন হেনগৎলকপা অসিনা শাষণদা অচৌবা শাক্ত অমা পীরি। শাষণনা লৈজবা পাক চাওরবা মফম কয়া মীওইবনা লৈশিনখিবদগী শঙ্গাবুং কয়া, শাগোল থাফম, শাউচেক্লা লৈজবা মফম কয়া মাঙশিল্লক্লি। মবম অসিনা শাষণগী মশিং অসি য়াম্না হন্থরক্লি। মীশিং হেনগৎলকপদগী ঐখোয় মীওইবনা য়াম্না চাওখৎপা মেটেরিয়েল পাম্লক্লি হায়বদি ইন্দষ্ট্রি, ফেক্তরি, প্রোজেক্ট কয়া তৌদুনা চাওখৎপালোমদা চংশিল্লক্লি। ইনর্জি, মৈ হেন্না পুথোক্লবা হোৎনবগীদমক ঈশিংগী য়াটর বোডি ওইরিবা তুরেলশিংদা হায়দ্রো ইলেক্ত্রিক প্রোজেক্ট কয়া, ডাম কয়া শারকপনা মরম ওইদুনা শাগাগী লৈফম চাফম হায়বদি মখোয়গী হেবিটেৎ(Habitate) ময়াম অমা মাঙশিল্লক্লি। মীওইবনা চিঞ্জাক হেন্না পুথোক্লবা হোৎনবদা তিল-হিদাক কয়া শিজিন্নরকপদগী মদুগী মরি লৈনবা শাঙা কয়া মাঙশিল্লক্লি। মীশিং য়ামখৎলকপা অমসুং কাহেনবা খুৎশু খুৎলাইগী ইন্দষ্ট্রি য়ামখৎলকপা অসিনা অচৌবা সোসিয়েল প্রোব্লেম কয়া অমা থোকহনবদা অচৌবা মতেং পাংগি। মীশিং হনথহনবা, পোপুলেসন

কন্ট্রোল তৌবা অসি ইকোলোজিকেল বেলেন্স শেমগৎপদা মচৌবা শরুক অমা ওই।

ঐখোয়না জঙ্গলগী উ-ৱা পণ্ডয়ান্দা য়ানথৎপনা ওইরাক্লিবা অসি ঈশিং ইচাও থোকহনবা, অঙীং অশাগী চাং হেনগৎহল্লকপা পাৎতু বল মাঙখিবা য়াবা অসিনি। জঙ্গলগী চীংমান্দা হৌবা উৱাশিংনা ৱাটব রিটেন্সন(Water retension) তৌই। কুক্কিং গ্যাস শিজিন্নবনা চীং মান্দা হৌবা উশিং যাম্না য় থৎতুনা মৈ থাবগী ওইনা শিজিন্নবা অদু হন্থহল্লি। উচেক ৱাইযা অমদি হণ্ডোইশিং লৈত্রেগদি লবুক্তা হৌবিবা মহৈ মবোংশিংদা তিল কাংগী মশিং হেনগৎহলগনি অমসুং মহৈ মবোং মাঙহল্লক্কনি। ঐখোযনা মহ্ পানদবা লিলশিংবু হাৎতোল্লগদি উচিগী মশিং হেনগৎলক্কনা মহৈ মবোং মাঙহল্লি। তিনথ্রোক্কী কাংলুপ অ্সি লৈত্রেগদি লৈবাক লৈহাও চেনদে। তুবেন্দা কোংগ্রেংগী কাংলুপ অসি লৈত্রেগদি ঈশিং অসি পোলুটেট ওইহল্লি। কুবাক হাযবা অপাইবা তিল অসিনা উৱা পাম্বীশিংগী ক্রোস পোলিনেসন(Cross Pollination) তৌহল্লি। শাষণ উচেকশিংনা উৱা পাম্বীশিংগী উহৈ ৱাহৈগী মকশিং চাশিল্লগা মরিকশিং অদু অমুক থোবক্লগা মকনা মতোন চোংবদা মতেং পাংঙি। জঙ্গলগী উৱাগা শাকৈগা অমগা অমগা হিংমিন্নৈ অমদি কন্ন-মিন্নৈ। ঐখোয়না শাউচেক পণ্ডহাংতা হাত্তুনা চাবগদি শাউচেক্কী মশিং হন্থরকই। মীওইবগী হকচাং অসি মনা মশিং চাবনা হেন্না চান্নবা হকচাং অমা ওই। মরম অসিনা মীওইবনা হিংবা মতমদা ইনভাইরোনমেন্টকা য়াম্না মবি লৈনৈ। মীওইবনা জীব পুম্নমক্তা হিংমিন্নবা অমদি মাপেম অসিবু কন্নবা হোৎনবদা মীপুম খুদিংমক্কী রাইট এণ্ড ডিয়ুটি(Right and Duty) পাঙথোকপা দবকাব ওই।

হৌজিক্কী মতমদা ইনভাইরনমেন্ট অসিদা প্লাস্তিক্কি পোলুসন অমা মাইয়োক্নরি। মসিগী মরমদি মীওইবা খুদিংমক্তা প্লস্তিক্তা শেল্লা মখল কয়াগী খাও শিজিন্নবননি। প্লস্তিক অসি নিয়ম নিতি চুম্না শিজিন্নরগদি হায়বদি মফম চানা লোইশিল্লগা থল্লগদি অকায়বা লৈতে অদুবু নিয়ম চুম্না শিজিন্নদবদগী হায়বদি মফম মবাং খণ্ডদনা পংলংদা লংথোকপদগী প্লস্তিক্তা লৈবাক লৈহাও সোইল(Soil)দা পোলুসন থোকহল্লি। প্লাস্তিক শীজিন্নবগী ফত্তবা অসি অহানবদা মরুওইনা

শোকহল্লিবসি শাষণনি। ঐখোয় মীওইবনা প্লাস্তিক খাউদা ইনশাং নাপী হৱাই কোবী মকু অমদি মখল কয়াগী অবেম-অখাকশিং হাপচিল্লগা মফম মরাং খংদনা পংলংদা লংথোকই। শঙ্গাবুংদা লৈবা, লম্বী সোবোক্তা লৈবা, বাজারদা লৈবা শাষণনা প্লস্তিক খাউদা যাওনা ইনশং নাপী, ফত্তহৌদিগী মকুপ মতাশিং অদু চাশিনখি। অসুম্না নোংমা নোংমগী খব খর চাশিনখিবদগী চহি১/২গী মতুংদা ষণগী চকখাওদা প্লাস্তিক মযাম অমা তাশিল্লগা প্লাস্তিক বোল(Plastic ball) ওইনা লৈদুনা, তুম্বদসু-ভুমদা, মপান্দসু পোকপং ওমদবনা মরম ওইদুনা ষণ কয়া অমা শিবগী খুদম ফংলে। মরম অসিনা মখল কযাগী প্লাস্তিক শিজিন্নবা লোইরবা মতুংদা মফম চানা লংথোকপীনা, মৈ থাদোকপিবা, ফুমজিনবীবা অমদি ট্রিটমেন্ট তৌবা দবকার ওই।

***************

*" The cow is an object of worship and veneration to millions in India, I count myself among them. Cow protection means brotherhood between man and beast"*

*- Mahatma Gandhi -*

## Chapter -৪

# ফুট লেবেলিং

ঐখোয মীওইবনা চাবিবা শাঙাগী পোৎথোক, পোদক্ট অসি কবম্মা পুথোক্লকপনো অমদি কবম্মা কৈথেলদা যোনলকপনো হায়বদু খঙদোকপা দবকাব ওই। ঐখোযনা চাবগী ডাক্তা খনলুবা যাবা নত্তে। ঐখোয়না চাবগা হিংবনিনা ঐখোযনা চাবিবা পোৎলমশিং অসি কবম্মা পুথোক্লকপনো খঙবা তাই। মদু খঙলগদি ঐখোযগী হকচাংদা অফবা ফত্তবা ওইবকপ' অদু খঙদোকপা যাম্মা লাইনা ঙমগনি। খুদম অমা যেংশি - ঐখোযনা চাবিবা যেকম অসি মখল অনি থোক্লা খাযদোকই মদুদি লোকেলগী যেকম(Local egg) হায়বা অমা অদুগা ফার্মগী যেকম হাযবা অমা। লোকেলগী যেকম অসি থাদোক্লগা লোইবা যেনবীনা কোইনা চৎতুনা মন' মশিং তিল কাং চাকবগা কোকলকপা যেকমনি মসিদা থাদোক্লগা লোইবনিনা বিটামিন এগী শকক যাম্মা যাওই। অদুগা ফার্মগী পুথোক্লকপা যেকমদনা ফাজিল্লগা লোইবা যেনবীনা কোকপা যেকমদনা বিটামিল এগী শকক যাম্মা বাৎলি, য়াওদবসু য়াওই। মবম অসিননি য়েকমগী মমলদা খেৎনবা লৈবিবসি। যুমদা থাদোক্লগা লোইবা য়েনশিংদি থা ৩/৪ শুদ্রগদি চাব' যাদে। অদুবু ফার্মগী য়েনশিংদি থা ১গা মখাইদা চাবা য়াই। মসিগী মবমদি মসিদা য়েনগী মচিঞ্চাক ময়াম অমা শীজদুনা নমদুনা চাওহনবনি। নমদুনা চাওহল্লবনিনা যেন ব্রোইলর(Broiler) অসি মশা য়াম্মা লুম্বা মবম্মা মশা চৎথোক চৎশিন তৌবা ঙমদে, মখোং যাম্মা শোল্লি, মশাদা অৱাবা ওই। অসুম্মা পুথোক্লীবা মওং মতৌ

অমদি ঐখোয়না চারিবা পোৎলমশিং অসি ঐখোয়না ফুট লেবেলিং(Food Labelling) তৌবা য়াই। খুদম ওইনা ফ্রিদম ফুট এনিমেল প্রোদক্ট(Freedom food animal product ) অমদি ফার্ম এনিমেল ফুট প্রোদক্ট(Farm animal food product) হায়না। অমারোমদা হায়রগনা থাদোক্লগা য়োকপদগী পুথোক্লকপা ফুট অদুগা ফাজিল্লগা কেজিং তৌরগা পুথোক্লকপা ফুট হায়না কৌবা য়াই।

অতোপ্পা কেস(Case) অমনা শাষণ ময়াম অমা লৈরগা চীংগী লমদা কিলোমিটর কয়ামরুম খোং-লম্বীদা ফুদুনা হোইদুনা ঈশিং অমদি মচিঞ্জাক করিমত্তা পীজদনা ষণ হাৎফম তান্না পুই। ষণ হাৎফম অদুদা শাষণশিং অদু নিংথিজনা পীজ-পীথক অমদি নিংথিজনা পোথাহনবগী মওং অমত্তা থমদে। অসুম্না শাষণশিং অদু হাৎলি। অসুম্না পুথোকপা মিট অদু নুংশি হৈতনা, তমথিনা ওৎপা নৈবা ক্রুএলটি ওইবা মিট হায়না ফুট লৈবেলিংদা কৌবা য়াই। অদুগা তমথিবা ওৎপা নৈবা লৈতবদগী পুথোক্লকপা মিটপু ফুট লেবেলিংদা ক্রুয়েল্টি ফ্রি মিট প্রোদক্ট(Cruelty free meat product) কৌগনি। হায়রিবা হিরম অসিগী মবমদা ইউ.কে. দা থবক ওইনা ফজনা চথরি। মখোয়না চারিবা, লৈরিবা চিঞ্জাক খুদিংমক ফুট লেবেলিং লোইনা তৌই। ঐখোয়গী মফম অসিদা ফুট লেবেলিংগী থবক লৈতবনিনা ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাক অসি করম্না পুথোক্লকপনো হায়বদু খঙদোকপা তাই। মসিনা মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং ফনা থম্নবগীদমক অমদি লায়না চেন্দনা, হকচাং ফনা নুংঙাইনা লৈনবগীদমক্তা।

## ফুট এনিমেলসঃ

পৃথিবী অসিদা লৈরিবা ঐখোয় মীওইবনা মনা মশীং চারগা হিংঙি অদুবু খরা অমদি শাঙা চারগা হিংঙি। মীওইবনা চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না ঐখোয়না শাঙা অসি চাবা য়াবা- য়াদবা হায়না অনি থোক্লা খায়দোকই। শাঙা চাগনু হায়বা য়াদবনিনা করম্বা শাঙা চাগদগে হায়বদু খায়দোকপা তাই। মীওইবনা চাবা য়াবা শাশিংবু ইংলিশ্তা "ফুট এনিমেলস" (Food animals) কৌই। চাবা য়াবা ফুট এনিমেলসতা লৈরিবশি ষণ, ওক, য়েন, ঙানু ইরোই অসিনচিংবনি। চাবদা য়াদবা হায়রগা জঙ্গলগী শাউচেকশিংনি। চাবদি য়াই অদুবু অইন্নদি য়াদে।

করিগুম্বা জঙ্গলগী শাউচেক ফাদুনা চারম্লবদি দন্দি ফংগনি অমদি পেনালতি ফংগনি। য়াম্বা লুরিবদি ঐখোয়গী নৈবাক্তা ঐখোয়না চাবা য়াবা- য়াদবা শা খায়দোকপা ঙমদবসিনি। হেক্তা অফংবদা হাৎলগা চাবনি।

মীওইবনা লাইরিক তম্লিবসি অহেনবা লৌশিং ভ্রান তান্নবনি। অদুবু ঐখোয়না চাবা য়াবা- য়াদবা শাশিং অসিমত্তং খায়দোকপা ঙম্লবদি শাঙাদা করিগুম্বা খরদি তৌবা নুংশিবা উৎলে হায়বা য়ারে। শাঙা চাগনু হায়বা নত্তে। চাবা য়াবা শাঙা চাও হায়বনি। অদুবু ঐখোয়না চারিবা শাঙা ফুট এনিমেলশিং অসি ঐখোয়না চাবগী হাৎত্রিঙৈগী মমাংদা হায়বদি শাঙাশিং অসিনা হিংলিঙৈগী মনুংদা ফজনা নীংথিজনা, ওৎপা নৈবা য়াওদনা হিংহনগদবনি। চানবনি হায়দুনা ওৎপা নৈবা, তমথীনা তৌবিরোইদবনি। ঐখোয়গী পৃথিবীগী মফম শরুক তংখাই অমদি শাঙাগীনি অদুগা শরুক তঙখাই অমনা ঐখোয় মীওইবগীনি। মরম অসিনা শাউচে কশিংবু ঙাকপি শেনবীসি।

***************

*"The animal are citizen of the world and we have no right to harm or destroy them"*

*- Henk Verhoog*

## Chapter -9

# এনিমেল রাইট

ঐখোয় মীওইবনা ঐখোয় মীওইবগী হ্যুমেন রাইটস ঙাক্লবা অমদি কন্নবা কন্না হোৎনরি। মসিগীদমক্তা ষ্টেটকী থাক্তা অমদি নেস্রনেলগী থাক্তা কম্মিসন কয়া শেম্লী। খুদম ওইনা হায়রবদা নেস্রেল হ্যুমেন রাইটস কম্মিসন অসিনচিংবা। হায়রিবা কম্মিসন অসিনা মীওইবগী হকপু মাঙহল্লবদি মরাল লৈরবা মীদুদা দন্দি পীরি অদুগা ডিকতিম অদুদনা শেলগী ওইবা মতেং পীরি। পুম্নমকসি মীওইবনা মীওইবগী য়াইফনবা তৌবনি। অতোপ্পা অমনা শাউচেকশিংগী এনিমেল রাইটস(Animal Rights) অসি মখোয়না ঙাকচবা তাবরা ? হংবা যাবা ৱাফম অমনি। ঐখোয়বু শেম্বীবা মপু ঈশ্বরনা মীওইবা য়াওনা অহিংবা জিবা কয়ামরুম পৃথিবী অসিদা শেম্মী। হায়বিবা জিবশিংগী মনুংদা মীওইবা হায়বা জীব অসি খ্বাইদগী শিংবা জ্ঞান তাবা মীনুংশি খঙবা জীবনি। মরম অসিনা ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসিদা অতোনবা জীবশিংবু কনবীনবা ঈশ্বরনা ঐখোয় মীওইবা অসিদা শিন্নরকপনি। ঐখোয় মীওইবনা পৃথিবী অসিবু মোংহনবা অমদি মাঙহনবা ঙম্মী। অদুবু শাঙা উচেকশিংদি পৃথিবী অসিবু মোংহনবা মাঙহনবা ঙমদে, অদু তৌবসু তৌদে। মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবনা ঐখোয় মীওইবগা লৈমিন্নরিবা শাঙা উচেকশিংগী এনিমেল রাইটস অসি ঙাক্লবা হোৎনগদবনি।

মরম অসিগীদমক্তা হিং শোক ১৯৭৮ গী ওক্টোবরগী তাং ১৫যু পৃথিবীগী ওইনা য়ুনিভর্সেল দিক্লারেসন ওফ দি রাইট ওফ এনিমেলস হায়না লাউথোকখিবনি অমসুং লোইন লোইননা ওক্টোবরগী তাং ১৫ অসিবু চহি খুদিংগী ওইনা ৱার্ল্ড এনিমেল রাইটস ডে(World Animals Rights Day) হায়না পালন তৌনরি।

এনিমেল রাইটকী আর্টিকল কয়ামুক লৈরি মদুগী মনুংদা খর পল্লবদা শাঙা খুদিংমক হিংজবগী রাইটস লৈজগদবনি। ঐখোয় মীওইবনা শাঙাশিংবু ঙাকপি শেনবিগদবনি অমদি ওৎপা নৈবা তৌরোইদবনি। জঙ্গলগী শাউচেক হাৎপীরোইদবনি। মীওইবগা লৈমিন্নরিবা য়ুমশাশিং ফজনা নিংথিজনা লোইনগদবনি। য়োকপা থাকপা হোৎনবা ঙমদ্রে হায়দুনা য়ুমশাবু লম্বী শোরোক্তা মতম চুপ্পদা য়েংশিনবীদবা তৌরোইদবনি। শাষণদা কাহেনবা পোৎলুম, কাহেনবা থবক শুহনবা তৌরোইদবনি। শাঙাগী কাংলুপ অমাবু হাৎতোকপা মুৎথৎপা তৌরোইদবনি। মীওইবগী হ্যুমেন রাইটস অমদি এনিমেল রাইটস অনিমক অসিবু ঙাক্লবা হোৎনবা তাই।

য়ুনাইটেদ নেসন্সনা পীরিবা মীওইবগী হ্যুমেন রাইট অসি পাবদা য়েংবদা অদুক্কি মতিক ফজে। মালেমদা লৈরিবা মীওইবা খুদিংমক্কী লৈফম চাফম, চিঙ্গাক, শেৎনা- চানবা অমদি হিংজবগী হক লৈজগদবনি হায়বনি। হৌজিক্তি মীওইবনা শেম্বা আইল- লো, এক্ট কয়া অমা অমগা অমগা চায়েৎনবা পাংথোকপা ঙমদবা অমা ওইরক্লে। মতাং অসিদা খুদম অমা নৈনসি — মীওইবনা শেম্বা ৱাইল্ড- লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট ১৯৭২ অমসুং এনিমেল রাইট অসিদা য়াওরিবসি শা-ষণ অমদি শা-উচেকশিংগী লৈফম চাফম থম্বীগদবনি। হায়রিবা এনিমেলস এক্ট অসি ঐখোয় লৈবাক্তা কয়া চৎনদনা লৈরি। হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা অহাংবা লম কয়া মাঙখরে। মাঙখ্রিবা অসি মরুওইনা অহাংবা লম কয়া খোপচিনখিবা, পট্টা তাশিনখিবা, শান্নফম ষ্টেডিয়ম ওইশিনখিবা, সরকারগী ওফিস শাজিনখিবা, স্কুল, কলেজ, ইন্দষ্ট্রি ফেক্তরি অমদি অচৌবা Establishment project কয়া শাজিনখিবা অসিনচিংবনি।

মাঙখিবা খোপচিনখিবা লম কয়া ওইহ্রগসু লৈহৌরিবা ষঙ্গাবুং অমদি শা-উচেক্লা লৈজবা মফম খরদি লমদমসিদা অদুমক মরৈরি। মসি ঐখোয়না

শা-ষণগী মফম ওইনবা কনবা তাবনি। কনামত্তনা সরকারগী ওফিস শাজিনবা, লম খোপচিনবা, ফেক্টরি, স্কুল কলেজ, শান্নবা খোৎনবগী ষ্টেডিয়ম, প্রোজেক্ট কীদমক লম খোপচিনবা য়ারোই। লমদম অদুগী লৈকাই অদুগী শা-ষণগী ষণ্ণাবুং ওইগদবনি। ষণ্ণাবুং কন্দ্রগদি শা-ষণগী লৈফম লৈরক্তবনা লম্বী সোরোক্তা বজারদা লৈরকপা মশানা তাবনি। মীওইবনা শা-ষণদা ওৎপা নৈবগী চাংসু হেনগৎপা মশানা তাবনি। শা-ষণগী লৈফম চাফম চাওনা পিরগদি শা-ষণ য়োকপা থাকপদা অরুবা ওইদে অমদি মীগা শ-ষণগা য়েৎশিন্নবা অমত্তা লৈরোই। পনবা য়াই, চাওখৎলবা লৈবাক ইউ.কে. দা মীনা লৈবা মফমদগী শ-ঙানা লৈবা মফমনা হেন্না চাউনা কন্দুনা থম্নি। শা-ষণগী লৈফম পীদবা য়াদে হায়দুনা মখোয়গী সরকারনসু গ্রেজিং ফিল্ড(Grazing field) কয়া অমা কন্দুনা থম্নি।

এনিমেল রাইট অসি ঙাক্লবগীদমক ঐখোয় মীওইবগী হ্যমেন রাইট অসিদা মীশিং হস্থহনবা পোপুলেসন কন্ট্রোন তৌবগী শরুক অমা য়াওহনগদবনি। কাহেনবা ইন্দ্রষ্ট্রি, কান্নদবা ইস্ট্যাব্লিশমেন্ট কয়া লিংখৎলোইদবনি। অসুম্না তৌবগদি শা-ষণনা লৈজবা পাক চাওরবা মফম কয়া মীওইবনা শিজিন্নবা খুন্দাশিনবা তৌরকলোই। অরোইবদা হ্যমেন রাইট অমদি এনিমেল রাইট অনি অসি চপ মান্ননা পেরেললেল(Parallel) ওইনা চৎমিন্নগদবনি।

***************

*" Whenever man is unhappy, God sends him a dog"*

*- Alphonse De Lamarine*

## Chapter -10

# এনিমেল কেপটিভিটি

ঐখোয়না করিগুম্বা কান্দা লমলক্কী শাউচের্কশিং অসি শাউচেক ফাবা হাৎপা মীওইশিংগী মখুৎতগী কনবিবগা জুদা হেক হেক শিন্নে। শাউচেকশিংবু ঐখোয় মীওইবনা কনবিবা অসিমদি অচুম্বা থবক অমনি। অদুবু শাউচেক জুদা শিন্নখিবা অসিগী মরমদা অসুম্না নৈনবা য়াই -

**অহানবদা :** আইলগী মতুং ইন্না, নেচবগী মতুং ইন্না লম্লক্কী শাউচেক ফাজীল্লগা থম্বা য়াদে। মসি ইংলিস্তকী ৱাহৈদা এনিমেল কপটিভিটি(Animal Captivity) হায়না কৌই।

**অনিশুবদা :** লম্লক্কী শাউচেক ফাজীল্লগা থম্লগা মীয়ামদ' য়েংহল্লগা শেল তানবা, য়োং, শওম, লিল জগোয় শাহল্লগা অমদি শাশিংবু সর্কস(Circus) তৌহল্লগা শেল তানবা আইন্না য়াদে।

**অহুমশুবদা :** হৌজিক্কী মতমদা পৃথিবীগী ওইনা লৈবিবা জু মশিং অসি হুম্বরক্লি মবমদি জু হায়বসি শাওাশিংবু ফাজিন্দুনা থম্বনি। শাশিংবু শেনবীবা হায়বদি মচিঞ্জাক, ঈশিং, শেংদোক -চামথোকপা, অঙাং অশা মেনটেন্দ(Maintain) তৌনবা হোৎনবদা য়াম্লবা মীশিংগী এমপ্লোইমেন্ত দরকার ওই।

মখিত্ত্ব খদা : হৌজিক্তি, পৃথিবীগী চৎনবী ওইনা নেস্নেল পার্ক(National park) ওইনা থম্লরে। নেস্নল পার্ক অমদদি শাউচেকশিংনা মহৌশাগী ফীবমদা লৈবা ঙম্মী। মতাং অসিদা হায়নবা অমা লৈ- মীওইবা ওইরো, শাউচেক ওইরো হিংলিঙে মনুংদা মনিংতম্না মীখা পোন্দনা হিংগদবনি।

মরমশিং অসিদগী এখোয়না তৌবা য়াই মদুদি ঐখোয়না কনবিবা শাউচেকশিং অদু উমং রামং প্রোতেক্তেত এরিয়া(Protected area)দা থাদোকপা তাই। শাউচেশিংদা অশোকপা অনাবা যাওবগস্ লাযেংবীবগা, মশা ফরবা মতুংদা থাদোকপা তাই। শজি, কবোকৈ, লমহুইর্নচিংবা শাঙ্গা কয়ানা লৈরবা মফম কৈবুল লমজাও নেস্নেল পার্ক হায়না ইং শোক ১৯৭৭ তা মিংথোনখ্রবা পাকচাউবা স্কয়াব কিলোমিটর ৪০ ওইরবা মফম অদুদা শাউচেক খুদিংমক মনিং তম্না থাদোকপিদুনা ষ্টেটকী শা ওইবিবা শঙাইগা লোয়ননা মনিতম্না হিংহনবা তাই। এনিমেল ৱেলফিয়াবগী থবক থৌরম পাংথোকপদা মীয়াম্না দোনেসন তৌবা, মতেং পাংবা দরকাব ওই

পৃথিবীগী হব্রা নু'শিং অসিদা ঐখোয় মীওইবনা লৈমিন্নবিবা শাউচেকশিং অসি ঐখোযনা যাম্না নুংশিনা লোয়নবিফম থোকই। মরমদি মখোয়না ঐখোয়দা কান্নবা কয়ামকম পীরি। কান্নবা মযামসিংগী মনুংদা য়াম্না কান্নবা অমদি মখোয়না ঐখোয মীওইবগী পুক্লিবু কল্লি। ঐখোয় মীওইবগী লাযনা কয়ামকম ঙাকথোকচনবা অমদি ফহ্নবা হিদাক কযামকম মক ওইনা ভেক্সিন(vaccine) কযা অমা শাঙাদা অহানবদা চাংযেং তৌরগা মায় পাক্লবা মতুংদা মীওইবদা শিজিন্নদুনা মীওইবগী লাযনা কয়ামকম ফহনবা অমদি ঙাকথোকচবা ঙমহল্লি। শাঙাদা নুংশিবা উৎপা ওইনা মচৈবোইশিংনা স্কুল লেবেল ফাওবা শাঙাউচেক হঙোইনচিংবা থরায় পানবা জিব মচা মচা ময়াম অমা হাৎপা তৌরোইদবনি। এনেসথেসিয়া হায়বা শাঙা পঙথহন্নবা হিদাক অসি য়াওদনা শাঙা হাৎলগা বাইওলোজি লাইব্রিক ঙ ' াদে। মবমদি মসিনা শাঙাদা অনাবা, অম্রাবা য়াম্ন পী। শাষণদা ক্রুয়েল্টি ওইবা মমত্তা চৎথবা য়াদে। শাশিংদা ক্রুয়েল্টি চৎথরক্লগদি প্রিভেন্সন ওফ ক্রুয়েল্টি টু এনিমেলস এক্ট ১৯৬০ গী(Prevention of cruelty

to animals act 1960) মতুং ইন্না পেনালটি তৌবা য়াই। ঐখোয়গী মহেরোইশিংনা শাগ্না মচা মচা ময়াম অমা হাংলগা বাইওলোজি পায়া তম্বসি থাদোক্কদবনি। হন্ডোই মচা মচা ময়াম অমা হাংলুবগী কান্নবা করিসু লৈতে। থবায় পানবা জিবা ময়াম অমা হাংপা ওইনা খোক্কনি। থবাই পানবা জিবা হাংপগী থবক থাদোকসি, থব্বায় জিব কনবিবগী থবক পাইখংশি। বাইওলোজি হায়বগী অর্থদি - বাইও হায়বদি অহিংবা অদুগা লোজি হায়বদি তম্বা হায়বনি। মরম অসিনা ঐখোয়না অহিংবদা তমসি। শাউচেকশিংবু কনসি অমদি মখোয়বু নুংশিবা তমসি।

## শা-ষণ পুখোক-পুশিন তৌবা

শা-ষণ অয়াম্বা অসি মফম অমদগী অতোপ্পা য়াম্না অথাপ্পা মফম অমদা খোঙ লম্বীদা হোইরগা নত্রগা হন্নাগাড়িদা হাপ্পগা, পুরগা মফম অমদা চিঙ্গাক্কীদমক হাংলি। চিঙ্গাক্কীদমক হাংলিবা শাষণ ফুট এনিমেলশিং অসি য়াম্না থাপ্পা খোং লম্বীদা হোইদুনা পুরোইদবনি। মসিনা শাষণ অদু হাংত্রিঙৈগী মমাংদা য়াম্না অৱাবা অনাবা পী। করিগুম্বা খর থাম্না মফমদা পুবা তারগদি হন্নাগাড়ী টাটাগুম্বদা হাপ্পীরগা পুগদবনি। ফুট এনিমেলশিং অসি হন্নাগাড়িদা হাপ্পদা মশা কোম্না হায়বদি মশিং য়ামদনা হাপকদবনি। শাষণ পুবগী নিয়ম অমা লৈ মদুদি দি ট্রান্সপোর্টর ওফ এনিমেল রুল ১৯৭৮(The transporter of animal rule 1978)গী মতুং ইন্না টাটা অমদা ষণ তরুক্তগী হেন্না পুবা য়াদে। করিগুম্বা হেন্না পুরল্লগদি আইনগী মতুং ইন্না দন্দি ফংগনি। শাষণ পুরিবা মফম অদু য়ৌদ্রিঙৈদা মরক মরক্তা শাষণনা মখোঙনা চংপা ওমত্রবা মতমদা নমদুনা ফুদুনা মখোংনা চংহন্নবা হোংনরোইদবনি। চংলু য়াদ্রবা শাষণশিংদি হন্নাগাড়িদা হাপ্পগা পুবীগদবনি। এনিমেল রেলফিয়ারগী মতুং ইন্না য়ারিমখৈ ফুট এনিমেলস অসি য়াম্না নক্ল, থাপ্পা পুবিদনা, চিঙ্গাক্কীদমক হাংকদবনি। হাংত্রিঙৈগী মমাংদা লোয়মো নিনিদি শাষণশিং অদু পোথাহনবা অই অদুগা হাংপা অদুসু হায়েন কিল্লিং ওইগদবনি।

এনিমেলস লোগী মতুং ইন্না লৈবাক অমগা অতোপ্পা লৈবাক অমগা চিঙ্গাক্কীদমক অহিংবা শাষণগী ললোন- লিঙিক তৌনবা য়াদে। মরমদি অহিংবা শাশিং অসি লৈবাক অমদগী অতোপ্পা লৈবাক অমদা পুখোক পুশিন তৌবদা

শাষণদা অৱাব' অনাবা পী। মসিগী মহুত্তা শাষণশিং অসি লৈবাক অমদা হাৎলগা, অতোপ্পা লৈবাক অমদা মিট(শাদুম) ওইনা পুগদবনি হায়বদি মিট ত্রেট (Meat Irade) ওইগদবনি হায়বনি।

***************

*"Man considers himself the most suprior living being in the whole animal world. His claim will be justified only if he is kind and useful to all to other species. It is only then that animals will consider human being superior to them"* *- Morargi Desai-*

## Chapter -11

# এনিমেল জেনেটিক প্রোপরটিজ

লৈবাক অমগী লমদম অমগী ওইবা শাষণগা অতোপ্পা লমদম অমগী ওইবা শাষণগা অনিগী মরক্তা শাওং- শদা মগুন্দা খেৎনবা লৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা মণিপুরগী ষণগা ইউ.পী. ষ্টেট্রো লৈবা শাষণগা শাওং শাদা মগুন্দা খেৎনবা লৈগনি। মসি Genetic properties দা খেৎনবা লৈবদগীনি। শাষণ খুদিংমক মানা মানা লৈরিবা মফম অদুগী হৱা- নুংশিৎতা চান্নজে অদুগা লায়না তিন্নাসু ঙাকথোকচবা ঙমজে। ঐখোয়না মপাল লৈবাক্তগী/ ষ্টেটতগী শাষণ লৈরগা ইরমদমদা য়োকপা থাকপা মতমদা হৱা নুংশিৎ চান্নবা ঙমদ্দুনা লায়না তিন্ননা নাদুনা অয়াম্বনা শি। অসিগুম্বা মরমশিং অসিদগী লমদম লমদমগী ওইবা লৈবাক লৈবাক্কী শাষণশিং অসি মাংখিদবনা মুৎখিদনবা ঙাকপি শেনবীগদবনি হায়না হায়রিবসিনি।

মণিপুরগী ষণ নত্রগা ময়াম্না কৌনবা মৈতে ষণ অসি য়াম্নসু চাউদবা অদুগা য়াম্নসু পীক্তবা মচিঞ্জাকসু খজিক্তমক চাবা, মতিক মগুন লৈনা ষণ মখল অমনি। নোর্থ- ইষ্ট ইন্দিয়াদা মৈতে ষণ অসি মাম্নিং লৈ মরমদি ষণ মখল অসি মপাঙ্গল কনবা, মরুম য়াওবনা থবক শুবা ঙম্বা মরু ওইনা লৌখোইবা, পোৎ চৈ চিংবগী থবক্তা শিজিন্নৈ। শম্না হায়রবদা থবক শুবা অমসুং শঙ্গোম খর পুথোকপা অনিমক্তা শিজিন্নবা য়াই। অমারোমদা য়ুরোপকী ষণ খুদম ওইনা হায়রবদা জরসি

মখল অসিদি শঙ্গোম পুথোক্লবদা শীজিন্নে, থবক শুবদা শিজিন্নদে, য়াদে। পৃথিবীগী মফম মফমদা লৈরিবা য়ুমশাগী মগুনশিং অসি অমগা অমগা মান্নদে। মশা- মশাগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুন অমমম লৈজে। য়ুমশাশিং অসি মাগী মাগী হৃন্না নুংশিংকী চান্নব মফমদ ঈশ্বরনা থমলম্বনি হায়না ঐখোয়না লৌবা য়াই। হৌজিক্তি, মালেমগী ওইবা ওর্গেনাইজেসন কয়ানা লৈবাক্কী মফম মফমদা লৈরমলিবা য়ুমশা অমদি জংলগী শাগুশিংবু কনবীনবা অমদি মখোয়গী মগুনশিং অদু মাঙহন্দনা থম্নবা কন্না হোৎনরি।

হৌজিক ঐখোয়না শীজিন্নরিবা খুৎশেমগী পান্থ আর্টিফিসিয়েল ইনসেমিনেসন শম্না হায়রবদা এ.আই.(Artificial Insemination) গী মতেংনা শঙ্গোম থোকপী ষণবী পুথোক্লবা হোৎনরি। মসিদি হান্না লৈরম্বা শাষণশিংগী মগুনশিং অসি হোদোকহনবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা মৈতৈ ষণবীবু য়ুরোপকী ষণগী ফ্রোজন সিমেন(Frozen Semen) না এ.আই. তৌবনি। মদুদগী পোক্লকপা ষণনা মচা অদু হান্নগী ওইবা মৈতৈ ষণগী মগুন জেনেটিক প্রোপরটিজদগী তংখাই অমা হেন্না হোংদোকহল্লি। মমৈথংদা পাক্তক্লা এ.আই. শীজিন্নরক্লবদি চহি ২০/৩০ গী মতুংদদি মৈতৈ ষণগী মগুনশিং অদু পুংমাং মাংখিবসু য়াই। এ.আই গী পান্থ অসি শাষণ খুদিংমক্তা পাক্তক্লা শীজিন্নবা অফবা নত্তে। মসি শাষণ মশিং খরদা তৌগদবনি, মরুওইনা ফার্ম এনিমেলসতা শীজিন্নগদবনি। মসি প্রোডক্টসন সেন্টর খক্তদা শিজিন্নবা তাই। এ.আই গী পান্থ অসি আইন লোনা থিংবদি লৈতে অদুবু নিয়ম নিতি চুম্না অকক্লবা শাশিংদা শিজিন্নবা দারকার ওই। হৌজিক্কী মতমগী লাইরিক হৈরবা সাইন্টিষ্ট কয়ানা জীব থব্বায় পানবা শাষণশিংদা নিয়ম নিতি লৈতনা নেচরনা শেল্লমবগী য়াংমদা ওষ্থোক ওনশিন তৌবা অসি ঈশ্বরনা শেম্বীরক্পী মায়য়োক্তা তৌবা থবক্তি হায়না লৌবা য়াই। মসিদগী ওইরক্কদবা ফল অদু অফবা ওইরক্কদবা মানদে। হিরম অসিগী মরমদা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী এনিমেল ৱেলফিয়ার বোর্ড ওফ ইন্দিয়া(Animal Welfare Board Of India)না ইন্দিয়াগী মফম খুদিংদা ফংলিবা য়ুমশাশিং অমদি জঙ্গলগী শাউচেকশিংবু কনবীনবা গুাকপি শেনবিনবা থবক কয়ামরুম পাইখৎলক্তি। থবকশিং অদুদি মরুওইনা ষণ মচা পোকপা গুমলিবী

যণবী হাৎপা থিংবা অমদি যণনাও হাৎপা থিংবা যণগী শম্বাবুং লৈফম শেম্বী শাবিবা, হিদাক লাংথক পীবা, লাযেংবীবা অসিনচিংবনি। মণিপুরগী শাযণগী মগুন মাঙহন্দনা থম্বা হায়বসি প্রজা খুদিংমক্কী মখুৎতা লৈ।

## শাযণনবু প্রাইজ ওইনা পীবা য়াদেঃ

করিগুম্বা কান্দা শান্ন- খোৎনবা, হাওসি তৌদুনা শান্নবা নত্রগা কাবিগুম্বা মখলগী গেমসতা শেলগী মনা নত্রগা সার্টিফিকেট পীবগী মহুৎ তা অহিংবা শাযণবু প্রাইজ ওইনা পীবা য়াওই। অহিংবা শাশিং অদুদি খুদম ওইনা হায়ববদা হুই, শগোল, যণ, হমেং ইরোই ওকনচিংবনি। অহিংবা শাশিংবু প্রাইজ ওইনা ফংলিবা মপু ওইগদৌবিবা ব্রিনর অদুনা লাইবক ফবদগী নত্রগা হোৎনবদগী প্রাইজ অদু ফংবনি। প্রাইজ অদু অহিংবা শা ওইরম্বনিনা মহাক্না অহিংবা শা অদু ফংবনি। তশেংবদি ব্রিনর ওইবা মহাক্তি শাযণ য়োকপা থাকপা হৈবা মী নত্তে। শান্ন খোৎনবদা থব্বায় য়াম্না য়াওজবা মীনি। মহাক্না অহিংবা শা অদুবু ফজনা নিংথিজনা ময়ুমদা থম্বা ঙমদে। শাঙা য়োকপগী জ্ঞান অমদি মতম মঙোন্দা লৈত্তে। এনিমেল রেলফিয়ারগী মতুং ইন্না শা-ঙাগী মপু ওইগদৌবিবা মীশিংনা য়োক্কদৌরিবা শাঙাগী মরমদা করিগুম্বা খরদং খঙবা তাই। নিংথিজনা য়োকপি-থাকপিবা ঙমদ্রগদি শা-ঙা লোইবিরোইদবনি। শাযণ লোইদ্রগদি শা-যণদা অরাবা অনাবা অমত্তা পিদ্রে হায়না লৌবসু য়াই। এনিমেল লোগী মতুংইন্না শা-যণবু প্রাইজ(Prize) ওইনা পিবা য়াদে। মদুগী মহুৎতা শেলগী মনা নত্রগা সার্টিফেকেট ওইনা পিগদবনি। অহিংবা শা-যণবু ঐখোয় মীওইবনা শান্নপোৎ ওইনা খল্লোইদবনি। মখোয়সু ঐখোয় মীওইবগুম্না হিংলিবা জিব অমনি।

***************

# Chapter -12

# শা-ঙা করম্না হাৎকনি

এনিমেল রেলফিয়ারগী মতুং ইন্না শাঙা খুদিংমক কনবিগদবনি হায়বনি। এনিমেল রেলফিয়ারগী মতুং ইন্নগু শাঙা হাৎপা য়াবা অমা য়াওরি। হাৎপা য়াবা অদুদি ঐখোয়না চাবগী ফুট এনিমেলশিং হাৎপা অদুগা অতোপ্পা হাৎপা য়াবা অমনা লায়না নাদুনা লৈরবা, লায়েংবদা ফবা ঙমদ্রবা, শাঙা অদুনা মতোমতা চৎপা অমদি মচিঞ্জাক চাজবা ঙমদ্রবা, ফিজিকেল ইনজুরিবা মরম ওইদুনা হৌগৎপা চৎপা ঙমদ্রবা হায়বদি হিপ্তুনা তাদুনা লৈরবা শাশিং ইংলিস্তা হায়রগা "কনদেম এনিমেলশিং"(Condemn animals) অসি হাৎকনি। চাবা থকপা চৎপা হিংজবা ঙম্লিবা শাশিংদি হাৎপা য়াদে। মখোয়গী হিংজবগী রাইট পীগদবনি।

ফুট এনিমেল হাৎপা অদুগা কনদেম এনিমেল হাৎপগী খুৎহাৎতি চপ মান্নে। শা অচৌবা হাৎপগী চৎনরিবা মওং খরদি শা হাৎনবা অখক্লবা নোংমৈ লৈ। নোংমৈ অদুনা শাগী মকোক্তা অমুক্তং কাপ্লগা শা অদু খুদক্তা শি। মসিদা শা অদু খুদক্তা শিবনিনা অনাবা ফাওদে মরমদি শাগী কোক্কী ব্রেন অদু খুদক্তা থুগাইবনি। শাঙা হাৎব্রিঙৈগী মমাঙদসু ওৎপা নৈবা অমত্তা তৌদে। মসিগী খুৎহাৎ অসি ইন্টরনেসনেলগী চৎনবীনি। ইলেক্ত্রিক ডিভাইস্না শাঙা অচৌবা হাৎপা অসি হৌজিক্কী মতমদদি চৎনদ্রে তৌনদ্রে মরমদি মসিগী খুৎহাৎ অসি

শাঙাদা য়াম্না কুইনা অরাবা পী। ঐখোয়না থাংনা য়েনগী মঙং খুদক্তা ককথৎপা অসিসু অনাবা অরাবা ফাওহন্দে। মরমদি সেন্ট্রেল নারভস সিসতেম(Central nervous system) পুরা ককথৎপনি। মসিদা য়েন অদুগী মশ গা মকোক্তা খুদক্তা শমনহন্দবনি। ঐখোয়না চারিবা ঙাশিং অসি হাৎপা মতমগা ঈশিং অশাবদা থাদদুনা হাৎপা য়াদে। মরমদি মসিদা ঙাশিং অদুদা অরাবা মনাবা য়াম্না কুইনা পী। শা হাৎপা খুদিংমক শা হাৎপগী ট্রেন তৌরবা মীনা হাৎকদবনি অদুগা শা হাৎপা মতমদা অতোপ্পা শাশিংগী মমাংদা হাৎলোইদবনি। মরমদি শাশিং অদুনা উবদা নত্রগা ঈগী মনমদা মখোয়দা য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওই।

## শা-ঙা য়োনবাঃ

ঐখোয়না শাঙা উচেকশিং অসি লোইনবা মতমদা ঐখোয়না চৎকদবা নিয়ম খর লৈ। ঐখোয়না শাঙাশিং অসি কৈথেলদা য়োল্লগা শেল তাল্লগা ঐখোয়না হিংঙি। ঐখোয়না খঙজিনগদবদি শাঙা য়েনশিং অসি কৈথেলদা য়োনবা অসি য়েঙ্গাং নাপীগুম্না হেক্তা থাদুনা য়োনবা য়াদে। মখোয় অহিংবা জিবশিংনি। ঐখোয়গী মফম অসিদা তৌরিবসি কনাগুম্বা খরনা য়েন ময়াম অমা য়েনগী মখোংশিং অদু পুনশিল্লগা বোরা খাও মনুংদা হাপচিল্লগা নত্রগা য়েন ঙানুশিং অসি মথক মখা ওন্নরগা হায়বদি মখোঙনা সাইকলদা নত্রগা মোতোর গাড়ীদা পুনশিল্লগা মকোক্তা মখাদা য়াম্বুরগা বাজারদা য়োন্নবগীদমক পুই। য়েন ঙানুশিং অসি মথক মখা ওন্নরগা খুৎনসু য়ান্দুনা পুদুনা চৎনৈ। কৈথেলদা য়েন ঙানুশিং অসি মখোং পুনশিল্লগা নুংশা মরক্তা থাদুনা য়েঙ্গাং নাপী য়োনবাগুম্না, অম্বুক্তগী নুমিদাং বাইরম ফাওবা য়োল্লি। হায়রিবা মতম অসিদা ঈশিং অমদি মচিঙ্গাক করিমত্তা পীজদে। মতাং অসিদা হায়বা য়াবদি শাঙা য়োল্লগা ঐখোয় হিংলিবনিনা ঐখোয়না শাঙাগী করিগুম্বা খরদি খনবা তাই অমসুং করিগুম্বা খরদি থবক ওইনা তৌবা তাই। তৌগদবা থবকশিংগী মনুংদা খর পনবা য়াবদি য়েন ঙানুশিং অসি হাপ্পবা য়েন পোল্লাং শাবা তাই। হায়রিবা য়েন পোল্লাং অদুদা য়েন ঙানুশিং অসি হাপ্লগা য়োনবা তাই। য়োল্লিঙৈ মনুংদা ঈশিং অমদি মচিঙ্গাক পীজবা তাই। য়েন ঙানুশিং অসি য়াম্না কুংনা চিল্লসু থম্লোইদবনি। বাজারদা শাঙা য়েনশিং য়োনগে হায়রগদি বাজারদা শাঙা য়োনবগী মফম মতিক চানা শেম্বা তাই।

হিরম অসিগী মরমদা সরকারনা নত্রগা ম্যুনিসিপালিটিনা মতিক চানা শেন্থী শাবিবা তাই। হায়রিবা হিংগম অসি য়ুকেদা য়াম্না ফজনা নিংথিনা থবক ওইনা তৌই। মখোয়গীদি বাজারদা শাঙা য়েনশিং য়োনবা য়াদে। কনাগুম্বনা শাঙা য়েন চানিংলবদি লৈনিংলবদি শাঙা য়েনশিংগী ফার্মদা চৎলগা লৈগনি। মসিনা তাকলিবদি শাঙা য়েনশিং অদু ফার্মদগী অমুক পুরকপা, বাজারদা অমুক থম্বা অমদি য়োনবদা শায়েনশিংদা পীবা অৱাবা কয়া অসি লৈত্রে।

## ধর্ম্মগী মিংদা শাঙাঃ

ঐখোয় মীওইবনা ধর্ম্মগী চৎনবীগী মতুং ইন্না শাঙা কয়ামরুম হাংলি। ধর্ম্মগী চৎনবীগী মতুং ইন্না শায়েন বালি তৌদুনা হাংপা অসি মরু ওইবা মরম অমদি ঐখোয় মীওইবগী পাপ কোক্লবা, লায়না লাইথুং কোক্লবগীদমক, থাজবগী মতুং ইন্না শায়েন বালি তৌদুনা হাংপনি। মসিদা হংবা য়াই মদুদি ইশাদা লায়না লাইথুং পক্লগা দাক্টরদা লায়েংবগী মহুত্তা শায়েন বালি তৌদুনা হাংলগা ফগনি খল্লিবা, ইশানা ফত্তবা থবক তৌরুবদগী ফত্তবা মহৈ পাপ ফংলগা শায়েন বালি তৌদুনা হাংলগা পাপ কোক্লবা হোৎনরিবা ধর্ম্মগী থাজবী অসি থাদোক্লবা হোৎনগদবনি। মসিগী থৌওং থবক অসি য়াম্না পণ্ডবগী লাইরিক হৈত্তবগী থবক অমনি। মসিদা করিমত্তা কান্নদনা শায়েন উচেকশিংবু হাংনবা হোৎনবনি। হৌজিক্তি হায়রিবা থবক অসি আইনগী মতুং ইন্না থিংবা য়ারে। আইন অদুদি প্রিভেন্সন ওফ ক্রুয়েল্টি টু এনিমেলস এক্ট ১৯৬০গী মতুং ইন্না। ঐখোয়না শাউচেকশিংবু নুংশিবীরগদি ঐখোয়না ঐখোয়গী য়ুমদা শাউচেক্কী মতু, মউন মচিনচিংবগী পোৎলমশিং অসি য়ুমদা লৈতেংগী ওইনা থম্বা হায়বদি য়ুমগী দিকোরেসন তৌবদা শিজিন্নরোইদবনি। হায়রিবা পোৎলমশিং অসি বাজারদগী ঐখোয়না লৈতেং শেম্বগীদমক্তা লৈরোইদবনি।

***************

## Chapter -13

# শাশিংদা ওৎ-নৈরগা চাংয়েং তৌবা

ঐখোয়না খঙলে মদুদি ঐখোয়গী পুন্সিবু কনলিবা অমদি তমথীববা লায়না কয়ামরুমদগী ঙাকথোকচনবা অমদি ফহনবা ঙমলিবা হিদাক লাংথক কয়ামরুম অসি অহানবদা শাশিংদা চায়েং তৌরগা মায় পাক্লবা মতুংদা মীওইবদা শীজিন্নদুনা ঐখোয়গী পুন্সিবু মতম শাংনা হিংহনলি। হীদাক লাংথক্কী চায়েং তৌবা অসিদা শাঙা য়াম্না শিবা মরম্না হৌজিক্তি চায়েং তৌবা অসি গভর্নমেন্টকি অয়াবা অমা লৌবা তারে। চায়েং অদুসু করম্বা চায়েংনো অমদি করম্বা শাদা চায়েং তৌগদবনো হায়বদু নিংথিজনা ইরগা অয়াবা অমা লৌবা তাই। য়াম্না ঙকলিবদি শশিংদা চায়েং তৌবা য়ারে হায়না পার্মিসন ফংলবা ইন্সটিট্যুটশিংনা মখোয়না থোকপা অমা কাহেন্নবা চায়েং তৌবা অসিনি। শাশিংবু নুংশিবিবা অমদি কনবিবা মীওই কাঙবু খরনা থিজিন্নবা রিপোর্ট অমগী মতুং ইন্না চেন্নাইনা লৈবা ডি.কিং. ইন্সটিট্যুট ওফ প্রিভেনটিপ মেডিসিনদা শাশিংদা কাহেন্নবা তমথিবা মওংদা চায়েং তৌরম্বা অসিনি। হায়রিবা ইন্সটিট্যুট অসিদা হিদাক অমা পুথোকই মদুদি এনটি স্নেক ভেনোম শিরম(Anti Snake Venom Serum) অসি শীজিন্নদুনা ঐখোয় মীওইববু লীলনা চিকপদগী পুন্সি কনবা ঙম্মী। হায়রিবা হিদাক অসি করম্না পুথোরকপনো হায়বদু শমলপ্না হায়ববদা লিলগী মহ ইসনেক ভেনোম অসি শগোলগী মঙকশমদা কাপশিন্নগা শা অদুগী মশাদা এনটি

বোডি(Antibody) পুথোকহনবনি অদুগা এন্টি বোডি য়াওবা শিবম ঈগী শকক অমা চিংথোক্লগ লৌথোকপনি। নিয়মগী মতুংইন্নদি হায়বিবা এন্টিবোডি যাওবা শিবম অসি নহা ওইবিবা শগোল অমদগী লিটর অমা খর হেন্না চিংথোক্লগা লৌথোকদবনি। হায়বিবা ইন্সটিট্যুট অসিদা তৌবন্নিবা অসি কা হেন্না এন্টিবোডি যাওবা শিবম চিংথোক্লগা লৌথোক্লম্বা, শগোল অহল ওইববশিং শীজিন্নবম্বা, মচা পোকদৌবিবা হাযবদি গ৩ পুববা শগোল অমোম শীজিন্নবম্বা অসিনি। নিয়ম লায় শীজিন্নবদগী থা ৬ কী মনুংদা শগোল ৫৪ শিখি। মবম অসিদগী ইন্সটিট্যুট অদুদগী মবাল লৈবা ওফিসাগ খব অমদি শাঙাগী ডাক্তব খব ট্রান্সফব তৌখি।

ঐখোয়গী লমদম অসিদা হাযবিবা চাযেং তৌবা অসি ইবৈ লৈতে। অদুবু ছাত্র ছাত্রিশিংনা কলেজ অমদি ইউনিভর্সিটিশিংদা শাঙাশিং অসি হাৎলগা বাইওলোজি হাযবা লাইবিক অসি তম্বদা শীজিন্নে। এনেসথেসিয়া হাযবা শাঙা পাংথহন্নবা তিদাক অসি যাওদনা শাঙা হাৎলগা বাইওলোজি তম্না যাদে মবর্মদি প্রিভেন্সন ওফ ক্রুয়েল্টি টু এনিমেলস এক্ট ১৯৬০ গী মতুং ইন্না। যাবিবামখৈ শাঙা হাৎপা নৈদনা বাইওলোজিগী ওঝাশিংনা দাইগ্রাম, প্লাসটিক মোদেল কম্প্যুটব দিব্বতা শীজিন্নদুনা শাঙাগী কযাৎশিং অসি ছাত্রশিংদা তম্বীবা যাই।

## যুমশাগী মচা হুন্না পোকহন্দবাঃ

যুমশা লোইবিবা মপুশিংনা মক ওইনা মখোযগী হৌদোং অমদি হুইশিং অসি যান্না লুনা চন্না যুমদা থম্মবিবি। অদুবু কবিগুম্না কান্দা যুমদা হুই অমদি হৌদোংগী মচাশিং অসি যাম্মগৎলক্লুনা মশিং হেগৎলক্লগদি মপুশিংনা শাশিং অদুবু পওইদবা, নিংথিজনা পিজদবা অমদি নিংথিজনা ঙাকপি শেনবিদবা হাযবদু ওইবকই। হুই অমদি হৌদোংগী মশিং অসি হেনগৎহনদ্রগদি যুম অদুদা লৈবিবা মীশিংনা মখোযগী যুমশাবু লুনা চান্না থম্বা ঙম্মী। মবম অসিনা হাযবিবা যুমশাশিং অসি মখোয়গী মশিং হেনশৎলক্তনবা শাষণগী হোসপিতালদা ওপবেসন তৌবা যাই।হাযবিবা ওপবেসন অসিগী মমিংদি এনিমেল বার্ট কন্ট্রোল ওপবেসন(Animal Birth control operation) কৌই। যুমশাগী মপুশিংনা হাযবিবা ওপবেসন অসি পাঙথোক্তুনা যুমশাবু মশা ফনা নিংথিজনা থম্বা ঙম্মী অদুগা লাযনা কযাদগীসু ঙাকথোকপা ঙম্মী।

এনিমেল বেলফিয়ারগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী যুমশা শং অসি মচা হেন্না পোকহনবা য়াদে। খুদম ওইনা হায়রবদা হুই মচা ললোলবগী থবক অসিনি। ভারত্তা হুই মচা ললোলবগী থবক অসি য়াম্না ফজনা চংথরি। হৌজিক চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না যুম যুম খুদিংদা হুই অফবা লোলনবগী ফেসন অসি য়াম্না কন্না চংথরক্লি অমসুং শেল য়াম্না চংনা হুই লোইনরক্লি মতাং অসিদা খুদোং চাবা লৌরদুনা হুই মচা ললোলবনা হুই মশি অদুদা চহি অমদা মচা ২রোম কোকহল্লি। মসিদা চংথরিবসি হুই মশি অদুনা মচা হেক কোকখিবগা নুমিৎ খবগী মতুংদা মশি অদু খাইদোক্লগা মশা খরা ফহল্লগা তত্তোপ্লা মচা অমমুক কোকহন্নবা শেম শাবনি। হায়রিবসি মহৌশাগী নেচরগী ওইবা নত্তে, খুশেম্মী। মসিদা শোকহল্লীবসি হুই মশি অদুনে অদুগা হুই মচাশিং অসু য়াম্না ফবা ওইদে অমসুং লায়না কয়ামরুম নাহনলী। মরম অসিদগীনি লম্বীদা লৈবা হুই মশিং হেনগৎলক্লিবা থোকহল্লিবসি।

## উচেক-ব্রাইয়া ফাবগী মওং মতৌ:

ঐখোয় মীওইবনা লবুক্তা, পাৎতা চাক্তাবা লমগী উচেক ফাবগী চংনবী অসি লৈবাক খরদা তৌনে। হায়রিবা লমগী উচেক ফাবগী থবক অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তসু খরদি তৌরে। মসিগী থবক অসি আইন্না য়াদে অদুবু লোন্না হরান্দুনা মকম খরগী পাৎশিংদা উচেক ফাবগী থবক অসি তৌনে। মপাল লৈবাক খরদা মীওই খরনা পাৎতা লমগী উচেক ফাবগী মওং অসি নোংমৈ শীজিন্নরগা তৌনে। নোংমৈ অসিদা শীজিন্নরিবা নোংমৈ মরু মচাশিং অসি মিশিনা শাবা ঙাক্তনি। নোংমৈনা কাপথোকপ্লিবা মিশিনা শাবা নোংমৈ মরুমচা ময় মশিং অদু পাৎয়াদা তাখি। করিগুম্বা কান্দা নোংমৈ মরুমচাশিং অদু উচেক ব্রাইয়া শাশিংনা মচিঞ্জাক মানবদগী চাবা ফাওবা য়াওখি। মিশিনা শাবা নোংমৈ মরু শীজিন্নবা অসিনা পাৎ অদুদা লিদ পোইজনিং থোকহনলি অদুগা নোংমৈ মরু চারুবা শাউচেকশিংসু লিট পোইজননিং ওইদুনা শিবা য়াওই। মরম অসিনা নোংমৈ মরু শারিবা কম্পনিনা মিশিনা নোংমৈ মরু শাবগী মহুত্তা ইষ্টিলনা শাবা তাই।মরমদি ইষ্টিলদি পোইজননিং ওইদে হায়না ইউ কেগী এনিমেল জরনেল অমনা রিপোর্ট তৌরি। ঐখোয়না ঙা ফাবা মতমদা খোই হুক শীজিন্নবগী মহুৎতা ঙা ফান্নবা ঈল হায়বদি

ফিশিং নেট ওইনা শীজিন্নগদবনি। খোই শীজিন্নরগা ঙা ফাবসি ঙা অদুদা য়াম্না ফিজিকেল ইনজুরি ওই। অদুগা অমনা ঐখোয়না করিগুম্বা কান্দা চেকশিনহীদবদগী ঙা ফাঃবা খোই হুক অদু হুনদোক্নুনা থমহৌবা য়াওই। মসিনা মনাক নকপদা চাকতারিং। য়েন ঙানু শা উচেকশিংনা খোই হুক য়াওবা খোইচাক অদু চাশিল্লুবদগী পন্দুং। শিবা য়াওই। মসিনা শাউচেকশিংদা শিবা য়ানা খুদোংথিহল্লি।

***************

*"Real Kindness comes from a sense of friendship with animals"* *- Pandit Jawaharlal Nehru -*

## Chapter -14

# জঙ্গলগী শা-উচেক

জঙ্গলগী শাউচেকশিং অসি চাংমান্দা, উমং য়ামংদা লৈজবগা নুংঙাইজবা কাংলুপকী শা মখল অমনি। মখোযগী লৈফম চাফম জঙ্গলদা হাযবদি মপোক্‌যগা হেবিতেত্তা মচা কোকই অমসুং মখোযগী মশিং হেনগৎহল্লি। খুদম ওইনা হাযববদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী শা শঙ্গাই অসি মীওইবগী পাম্বৈনা মণিপুরগী জুলোজিকেল গার্দেনদা জুদা মচা পোকহনবা ঙম্লগসু কৈবুল লমজাওদা লৈবিবা শঙাইশিংগুম্না মশিং হেনগৎহনবা ঙমদে। মবর্মদি শঙ্গাই হাযবিবা শা অসি মহৌশাগী ওইবা লৈফম চাফমদি কৈবুল লমজাউগী ফুর্মদদনি। হাযবিবা ফুর্মদি অসিদা মচা কোকই। মখোযগী মশিং হেনগৎলকই। শাশিং অসিনা নুংঙাইনা মচিঞ্জাক চাদুনা লৈ। জঙ্গলগী শাউচেকশিংদি জঙ্গলদা অদুমক লৈজগদবনি। ঐখোয় মীওইবনা জঙ্গলগী শাউচেকশিংবু ফাদুনা পুবক্লোইদবনি। ঐখোয়না নুংশিবিবনি নুংঙাইবিবনি হাযদুনা শাউচেকশিংবু ফাদুনা পুনক্লবদি মদুনা ঐখোয়দা থবক অমমুক হেন্না চিলহল্লে অমসুং শাউচেকশিং অদুবুসু জেলদা থম্বগা চপ মান্নহল্লে। জঙ্গলগী শাউচেকশিংবু ফাদুনা পুবকপা য়াবা মতাংদি --- শাউচেক অদুনা পাং তুবেলদা মশা নাদুনা, তাদুনা কাখৎপা ঙমদ্রবা, খুদোংথিবা তারবা, শা অদু নারগা চৎপা ঙমদনা লৈবল্লবা, উচেকশিংনা অচৌবা মিরাংদা থুদুনা নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক্লা উপশিন্দুনা পাইথোকপা ঙমদনা লৈবল্লবা

অসিনচিংবা। হায়রিবা ফীভমশিং অসিদা ঐখোয়না মখোয়বু লায়েংবিরবা মতুংদা অমুক হন্না মখোয়গী মফম হায়বদি জঙ্গলদা চীংদা মান্দা থাদোকখিগদবনি। থৌওং অসিবু এনিমেল রেসক্যু এণ্ড রিলিজ(Animal rescue and release) কৌই। মপাল লৈবাকশিংদা মরু ওইনা ইউকেদা এনিমেল রেসক্যু তিম য়াম্না লৈ। মখোয়না শা কন্নবা হোৎনবা অসি সিফাইগুম্না থবক তৌই। ঐখোয় মীওইবনা শাউচেকনা খুদোংথিবা তাবদগী কন্নবা হোৎনবা হায়বসি মীওইবগী ইথৌদাংনি।

## মহৈশাগী ফিভমদা থমসিঃ

ঐখোয়গী লৈরিবা লৈবাক লমদম অসিদা মহৈশাদগী লৈরম্লবা মওং মতৌ কয়া অমা হৌজিক্কি মতম অসিদা উবদা য়াম্না অহোংবা লৈরে। অহোংবা অসি ইনভাইরোনমেন্ট অমসুং ইকোলোজিকেল বেলেন্সতা মরু ওইনা উই। হৌজিক্কী এনভাইরোনমেন্টেলিষ্টশিংনা হায়রিবসি লম লমদুগী চানবা মহৈশাদগী লৈরক্লবা উরা পাম্বী শা, ঙা উচেক য়োকখৎতুনা থমগদবনি হায়বনি। ঐখোয় মীওইবনা উরা থাবদসু উ অচৌবা ওইরো, উ মচা ওইরো লম অদুগী চান্নবা য়াম্না মরুওইনা উহৈ রাহৈ পানবা পাম্বীনা হেন্না থাগদবনি। মসিদা কন্নরিবসি মীওইবনা পাম্বী অদুগী উহৈ রাহৈসু চারে অদুদসু নত্তনা শাউচেক্সু উহৈ রাহৈশিং অদু চাজরে। উহৈ পানবা পাম্বী অচৌবদা হায়রগা হৈনৌ, হৈনিং, হৈবোং, মংগে, জাম পাম্বীশিংনি। উহৈ পানবা পাম্বি মচা কয়ামরুমসু লৈরিবনি। য়ারিবামখৈ উ থাবা মতমদা মণিপুরগী মহৈশাদগী লৈরম্লবা উরাশিং থাগদবনি।

শাঙা লোইদবসু মসিগা চপ মান্নে। মহৈশাদি য়ুম য়ুম খুদিংদা মৈতৈ হুই লোইরম্মী অদুবু ঙসিদি মৈতৈ হুই লোইবা ইথেং থেংনদরে। মপালগী হুই ঙাক্তা মঙাইরে। য়ারিবমখৈ মৈতৈ হুই লোইবিবা তাই। মৈতৈ হুই অসি য়াম্না [illegible] হল্লি, মশা খিং খিং লাউই। করিমত্তা নাগন্দে। কবিগী মপাল লৈবাক্কী মমল য়াম্লবা হুই লৈগদৌরিবনো ? পুম্ভি পাৎ তুরেন্দা ঙা য়োকপদসু মপাল লৈবাক্কী ফত্তবা মবুক লাউবা ঙাশিং থাদবা, তৌদবা তাই। মপাল লৈবাক্কী মবুক লাউবা ঙাশিংনা ঐখোয়গী হান্নদগী লৈরম্লবা ঙাশিং অসি চাথোকই। শাষণগী মরমদসু মণিপুরগী ষণনা থবক কন্না শুবা ঙল্লিবসি মপাল লৈবাক্কী

ষণনা থবক কন্না শুবা ওল্লোই। মীওইবা ঐখোয়সু ইশা ইপু লাই গুরু ওইগ্রবা মীওইশিংনা হায়বিরম্বা অচুম্বা অশেংবা পুন্সি লম্বী অদুদা চংপা তাই। মীওইবগী পুন্সি শেলখক্তদা লাইনিং ওইবা, মখা পোনগদবা নত্তে, এনভাইরোনমেন্টকী মখা পোল্লি। মরম অসিনা মহৌশাদগী লৈরম্লবা ফিভমশিং অসি মাংহন্দনা য়োকখৎতুনা থম্লবা হোৎনবা তাই।

## ফুট হেবিট(Food habit):

ঐখোয় মীওইবনা খল্লিবা ৱাখল অমদি তৌরিবা থবকশিং অসি ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাকী মখা পোল্লি হায়বদি য়াম্না মরি লৈনৈ হায়বনি। কনা অমনা নোংমগী য়ু থকহৌদ্রগদি য়াদে, কনা অমনা শা চাদ্রগদি চাক চাবা য়াদে, কনা অমনা চুরুপ বিড়ি থক্তবা য়াদে, কনা অমনা মনা মশিং চারগা হিংঙি। মসিবু মীওইবগী চিঞ্জাক্তা হৈনজবী হায়বদি ইংলিস্তা ফুট হেবিট হায়না কৌই। হকচাং কনা থম্লবগীদমক ৱাখল অকবা খল্লবগীদমক, এনভাইরোনমেন্ট অমদি ইকোলোজিকেল বেলেন্সপু কাইহন্দনা থম্লবগীদমক ঐখোয়না অফবা ফুট হেবিট অমা থম্না তাই। ঐখোয়না য়ু থক্লগদী ঐখোয় মশেল খৎন চৈনবগী চাং য়াম্না হেল্লি। চুরুপ বিড়ি য়াম্না থক্লগদি হকচাংদা ফংহন্নদে। শা মিট তোইনা চাবনা হকচাংদা লায়না কয়ামরুম লাকহল্লি। শাঙা হাংপগী চাংসু হেনহল্লি। মনা মশিং চাবনা হকচাং কনা থম্মী, ৱাখল অকবা খলহনলি, পুন্সি শাংহল্লি, শাঙা উচেকশিং কয়াগী মপুন্সি কনহল্লি। এনভাইরোমেন্ট অমসুং ইকোলোজিকেল বেলেন্সপু কাইহন্দনা থম্না ওম্মী। হৌজিকী সাইন্সনা হায়রিবসি ঐখোয়গী হকচাং অসি মনা মশিং উহৈ ৱাহৈ চাবনা হেল্লা চান্নবা সিসটেম অমা ওই। শাষণ উচেকশিং হাংপা থিংগে, এনভাইরোনমেন্ট অমদি ইকোলোজিকেল বেলেন্সপু কাইহন্দনা থমগে হায়রগদি ঐখোয়না মনা মশিং চাবগী ফুট হেবিটতা চঙশিনবা তাবনি।

***************

# Chapter -15

# অহিংবা শা-উচেক পীজবা

হৌজিক্কী মতম অসিদা করম্না শাঙা যোক্কদগে, কবম হায়না শাঙা পমগদগে হায়বা অনৌ অনৌবা মওং কয়ামরুম পুথোক্লি। লৈবাক অমনা শাঙা য়োকপগী অনৌবা মওং অমা হেক পুথোকলকপদা মদুনা চান্নবা অমা ওইরগদি ইন্তুরনেসনেল্সগী চৎনবী অমা হেক্তা ওইবকই। হৌজিক্কী এনিমেল ৱেলফিয়াবর্গী মতুং ইন্না জুদা লৈরিবা শাশিংদা অহিংবা শাউচেক পীজবা অসি য়াদ্রে। অচৌ অচৌবা জুশিংদা অহিংবা শাউচেক পীজবগী থবক অসি তৌনদ্রে । মসিগী মবমদি প্রোতেক্সন ওব এনিমেলস এক্ট(Protection of animals acts) মতুং ইন্না অচৌবা শাশিংদা অহিংবা শাউচেক পীজবা অসি য়াদবা অমা ওই। অহিংবা শা উচেক পীজবা য়াদবা মরম অমনা হায়বিবা প্রোসেস অসিদা অচৌবা শাশিংনা অহিংবা শাউচেকশিং অদু ফানবা হোৎনবদা, য়োৎশীন্নবা হোৎনবদা অৱাবা অনাবা য়াম্না মাইয়োক্লে। অদুগা অমনা শিরগদবা অহিংবা অপীকপা শাউচেকশিং অদু শিবদা মতম কুইনা চওঙি, কুইনা অৱাবা মাইয়োক্লে। মরম অসিনা জুদ লৈ... শাশিংদা মচিঞ্জাক পীজবা মতমদা মচিঞ্জাক ওইরিবা শাউচেক অদু হাৎলগা পীজবনা হেন্না ফবা হেল্লি হায়না হৌদোকলে।

ঐখোয়না শাউচেকশিং অসি ফারগা য়ুমদা নত্রগা কৈথেল্দা থম্লগা মীযামদা য়েংহল্লগা শেল তানবা য়াদে। মসিদা য়েংবা লাক্লিবা মীশিংনা শাউচেক অদুদা

ওাইহাক লৈত্তনা অকায়বা পী হায়বদি াউচেক অদু তুমিন্না লৈবা মতম ফংদে, পোংথাহনদে, অন্নাবা মাইয়োক্লে। মরম অদুননি শাউচেকশিং অদুবু পোংথাহন্নবা জুদা নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদা নোংমা নিনিদি মী চঙবা য়াদে হায়রিবসি। মসিগী মথক্তা কনা অমত্তনা য়ুমদা, বাজারদা জু লিংখৎপা য়াদে। লিংখৎপা তারবসু সরকারগী অয়াবা অমা হান্না লৌগদবনি।

## শাঙাগী মরমদা লাইরিক তম্বাঃ

ঐখোয়না শাঙা কনগে হায়রগদি লাইরিক তম্লিবা ছাত্রশিংনা শাগী মরমদা লাইরিক তম্বা তাই। এনিমেল ৱেলফিয়ার এডুকেসন কোরস অসি কম্পনসরি সবজেক্ট অমা ওইবা তাই। এনিমেল ৱেলফিয়ার এডুকেসন অসি স্কুলদগী হৌদোকপা তাই হায়বদি অঙাং ওইরিঙৈদগী শাঙা নুংশিবগী য়াখল পোকহনবা তাই। হৌজিক ভারতকী ওইনা লৈরিবা এনিমেল ৱেলফিয়ারগী কোরস অসি পিজি দিপ্লোমা কোরস ওন এনিমেল ৱেলফিয়ার খক্তমক লৈ। হায়রিবা কোরস অসিদা শাঙা করম্না কনগদগে করম্না শীজিন্নগদগে, শাঙাদা তৌবা ক্রুয়েল্টি করা থিংগদগে হায়বনচিংবা কয়ামরুম য়াওরি।

কলেজ অমসুং ইউনিভরসিটিদা লাইরিক তম্বদা শাঙা হাংপা শীজিন্নবা মতমদা য়ারিবমখৈ শাঙা অদুদা য়াম্না অন্নাবা অনাবা পীরোইদবনি। হায়রিবা মহৈ তম্ফম মফমশিং অসিদা শাঙা থম্না তারবদি শাঙা য়েংশিন্নবা মী অমা মতম চুপ্পগী ওইনা থমগদবনি। হায়রিবা মী অসিনা শাঙাশিংগী মচিঞ্জাক মতম চানা পীজগনি অমসুং শাঙাশিং অদুবু নিঘিজনা থম্বীগনি। নুমিৎ খুদিংগী শাঙা শীজিন্নরগা লাইরিক তম্বা য়াদে। নুমিৎ তরেৎনি হায়বদি হাপ্তা অমগী মনুংদা নোংমা নিনিখক্তা শাঙা শিজিন্নরগা তমগদবনি। নুমিৎ খুদিংগী শাঙা অদুবু পাইথোক পাইশিন তৌবা য়াদে। শাঙা শীজিন্নদবা য়াদবা মতমদতা শীজিন্নগদবনি। প্রাকতিকেলগী ওইবা খুদিংমক জুদা নত্রগা ফার্মদা চংলগা শাঙাগী মরমদা তমগদবনি। ছাত্রশিংনা মশাগী ওইবা শাউচেক পুরগা লম্বীদা চংপা অমদি শাউচেক অদুবু স্কুলদা ওাইহাক্কী নুংঙাইনবগীদমক পুরকপা য়াওই। অসিগুম্বা থবকশিং অসি তৌরোইদবনি। মসিনা শাউচেক অদুদা অন্নাবা পী। কলেজ অমদি ইউনিভরসিটি শিংগী মফমশিংদা বাইল্ড লাইফ এরিয়া খর শেমগৎ

শাগৎপগী চৎনবী অমা হৌদোক্কদবনি। হায়রিবা ৱাইল্ড লাইফ এরিয়া অদুদা উৱা কয়ামরুম নিংথিজনা থাদুনা উচেক অমদি শাঙা কয়াগী লৈফম চঙজফম সেন্টর ওইহনগদবনি। মদুদা ছাত্রশিংনা মফম অদুদা চৎলগা শাঙা উচেকশিংগী নেচররেল এনভাইরোনমেন্টকী মরমদা ফজনা নিংথিজনা তম্বাসু য়াই। অসিনি পৃথিবীগী অচৌ অচৌবা ইউনিভরসিটিদা তৌনরিবসি।

## এনিমেলস ৱেলফিয়ারঃ

মীওইবগী চিঞ্জাক ওইরিবা শাঙা হায়বদি ফুট এনিমেলশিং অসি মখোয়না হিংজরিঙৈগী মতমদা ফজনা নিংথিজনা থমবিদুনা, ওৎপা নৈবা য়াওদনা য়োকপি থাকপিবা তাই। শাঙাবু নিংথিজনা য়োকপি থাকপিবু এনিমেল ৱেলফিয়ার হায়না কৌই। এনিমেল ৱেলফিয়ারগী থবক খরদি -

**অহানবদাঃ** ঐখোয়না য়োকলিবা য়ুমশাশিং অসিদা অফবা ঈশিং অমদি মচিঞ্জাক নিংথিজনা পিজবা তাই।

**অনিশুবদাঃ** য়ুমশাগী লৈনবা মফম, চঙজফম হায়বদি শেলটর নিংথিজনা শেম্বা তাই। হায়রিবা শেলটর অদুদা অশেংবা নুংশিৎ নুংশা মরাং কায়না ফংবা মফম ওইবা তাই।

**অহুমশুবদাঃ** তমথিরবা লায়না কয়াদগী ঙাকথোক্লবগীদমক থৌরাং কয়ামরুম লৌখৎপা তাই।

**মরিশুবদাঃ** য়ুমশানা মহৌশাগী ওইবা মওংদা হিংনবগীদমক মশা চৎথোক চৎশিন তৌনবগী মফম মরাং কায়না লৈজগদবনি। শাঙা থমবদসু শাঙাগী মান্ন মান্নবা কাঙলুপ পুন্না থমগদবনি। মান্নদবা কাংলুপ পুন্না থম্বা য়াদে।

**অরোইবদাঃ** শাঙাদা কিহনবা অমদি অৱাবা পীবা য়াদে। ফার্মদা শাঙা য়োকপা মতমদা য়ারিবমখে মখোয়গী মহৌশাগী এনভাইরোনমেন্টতা লোইবিগদবনি। লৈকাই লৈকাইগী লৈরিবা ক্লব অমসুং ওর্গেনাইজেসনশিংনা লৈকায় লৈকাইগী

লৈরিবা শাষণশিংবু লায়না কয়াদগী ঙাকথোক্রবগীদমক চহি চহিগী ওইবা হিদাক কাপথোকপিননবা হোৎনবা তাই।

***************

*"For what is a man profited, if he shall gain the whole world, and lose his own soul ? or, what shall a man give in exchange for his soul."*

*-Jesus Christ -*

# Chapter -16

## শা তানবা মী

মমাংঙৈদগী হৌনা শাদানবা হায়বদি শা ফানবা তান্নবা অসি শিনফম অমা ওইনা হৌরকই। অদুবু হৌজিক্তি শাউচেক নুংশিবগী ব্রাখল খনবা হৌরক্লবনিনা শাদানবগী শিনফম অসি থাদোকপ্রে। অদুবু লৈবাক খরদি ভারত য়াওনা শাদানবগী থবক অসি হোৰী ওইনা চত্থরি। শাদানবসিদা নুংঙাইরিবসি শা অদু ফানবা তান্নবা অদুগা ফারগা চাবগী য়াম্না নুংঙাইবা পোকপা অদুনি। তশেংবদি জঙ্গলদা শাদানবা হায়বসি অ'ইন্নদি শুকয়া য়াদে। ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুরদদি শাদানবগী থবক অসি তম্পাক্তদি হৈরে লৈত্রে। অদুবু চীংগী লমদমদদি য়াম্না ফজনা চত্থরি। জঙ্গলগী উরা কোকথোকপনে, শাউচেক্কী লৈফম লৈরক্তবনে, মদুগী মথক্তা শা তানবনে, শাউচেক কয়াগী কাংলুপশিং মুৎপা তাবনি। জঙ্গলগী শাউচেক কনগে হায়রগদি শাদানবগী শিনফম খুদক্তা তোক্কদবনি। অদুগা অতোপ্পা শেল ফংবা য়াবা শিনফম অমদা চঙশিনগদবনি। শিনফম অদুদি য়েন ঙানু শাবণ য়ুমশা য়োকপনি। মসিদা শেলসু ফংলে অদুগা ঙানু য়েনসু চাবা য়ারে। ঙানু য়েনশিংদি ফুট এনিমেলশক্তা চিংঙি।

য়ুকেদা শাদানবগী থবক অসি হোৰী ওইনা চৎথে। শাদানবা অসিসু শা অমথক্তদা ওই। শা অতৈদা তানদে। মখোয়না তাল্লিবা শা অদুদি "ফোকস" লমহুইনি। লমহুই অসি লমজেল য়াম্না য়াংবা মরম্না মখোয়না তান্নবা ঙমদে। মরম অসিনা শাদানবনা মখোয়গী য়ুমগী হুই শিজিন্নরগা লমহুইশিং অসি তান্নে।

য়ুমগী হুইশিং অসিনা লমহুইশিং অসি তান্নবা অসিদা লমহুইশিং অদু য়াম্না কন্না চেন্নি অমসুং লোৎনবা হোৎনৈ। মসিদা লমহুই শিবা য়াওই নত্রগা নাম্থোক্তুনা চেনখ্রবা লমহুই অদু মখোং তেকপা শোইনাইহনবা, মশাদা শোকপা খেগাইবা য়াম্না য়াওই। মসিদা লমহুই অদুদা অৱাবা অনাবা য়াম্না পী। মরম অসিনা অসুম্না শাদানবদগী য়ুকেদা লমহুইগী মশিং অসি য়াম্না হেন্থরকলি হায়রি। হৌজিক্তি মখোয়গীদি শাদানবা অসি থিংবা হৌরে অদুগা লোইন লোইননা শাতানবা মতমদা য়ুমগী হুইগী মতেংগা লাইননা শাতানবা য়াদরে।

## শা-ষণ শগোলশিং লম্বী-সোৱোক্তনা লৈরকপাঃ

ঐখোয়গী লৈবাক্কী সহর খরদা চেনাইদা, কোলকটাগী লম্বীশিংদা শাষণনা লম্বীদা য়ারেক্তুনা লৈবা উই। ঐখোয়না উবা য়াবা খুদম অমা হাইরগসু ইম্ফাল সহরগী মনুং অমসুং মপালদা মরুওইনা লম্বীশিংদা ঐখোয়না শাষণ শগোল খর উবা ফংঙি। শা শগোলশিংগী অসিগী মনুংদা খরদি মখোঙ তেক্তুনা য়াম্না ৱানা চংপা ফাওবা য়াওই। শগোল মখোং তেকলিবসি অয়াক্তুনা হুরা গাড়িনা থেংবদগী থোকপা ওাক্তনি। মসিগী মরাল হুরা গাড়িগী মরাল ওইদ্রে। লোক্লিবা তেক্লিবা শা শগোলগী মরাল ওইরে। লম্বী শরোক্তস শা শগোল লৈরকপগী মরম খর লৈ।

অহানবদাঃ মপুনা মহক্কী শা অদু মতম চুপ্পদা য়োকপা থাকপা ওমলক্তবদগী অদুগা নত্রগা শা অদু অহল ওইরবা মতমদা মপুদা করিমত্তা কায়ত্রবনিনা থাদোকপা।

অনিশুবদাঃ ইম্ফাল সহরগী মনুঙ মপালদা অহাংবা লম লৈশিল্লক্তবা হায়বদি অহাঙবা লম কয়া শান্নবুং ষ্টডিয়ম ওনখিবা, ওকিস ক্লুল, ইনষ্টিতুসন কয়া শাজিনখিবা অমদি সহরগী মীশিং পোপুলেসন খগুহেন হোনগংলক্তুনা মীশিংনা লৈরবা লম লৌশিনখিবা অসিনচিংবনি।

য়ুমশা লোইবা হায়বসিদি মতম চুপ্পদা ফজিন্দুনা লোইবা য়াবা নত্তে। মখোয়গী থাদোকফম লৈবা তাই হায়বদি খণজাবুং অমদি শগোল থাকম অসিনচিংবা। হায়রিবশিং অসি লৈতবনিনা শাগোলশিংনা লম্বী সোৱেক্তা

লৈরকপা মশানা তাবনি। শাশিং অসি হাংতোকপসু য়াদে মরমদি শাউচেক হাংপা থিংবা মীওই কয়ামরুম লৈরিবনি। হায়রিবা প্রোব্লেমশিং অসি খর কোক্ক বগীদমক্তা ইম্ফাল সহরগী মনুং অমসুং মপালদা লৈরিবা মীওইশিংনা শাষণ শগোল লোইবগী মশিং অসি য়াম্না হন্থহনবা তাই। ঐখোয় মীওইবগী দরকার লৈরবা মতমদা পোংচৈ লৈশিনবা অদুগা দরকার ওইদ্রবা মতমদদা লংখোকপগী থাদোকরকপগী হৈনবী থাদোকপা তাই। হৌজিক্তগী হৌনা খুঙ্গংগী লমদা লৈরিবা অহাংবা লমশিং অসি কনশিনবীদুনা শাষণ শগোলগী থাদোকফম লৈফম পীবা তাই। মদু নত্রগদি শাষণশিংগা মীওইবগা চয়েংনবা অমা হেন্না হেন্না ওইরক্কদৌরি।

## মী অমসুং শা-উচেকশিংগী মশিংঃ

পৃথিবী অসিদা মেডিকেল সাইন্সনা অসুক য়ৌনা চাওখৎলবা মতম অসিদা ভারত্তদি পোপুলেসন কন্ট্রোল তৌবা ঙমদ্রি হায়বদি ফেমেলি প্লানিং মাই পাকপা ঙমদ্রি। মসিগী ওন্না তৈনবদা ভেটিরিন্যারি সাইন্সনা শাউচেকশিংগী মশিং হেনগৎনবা হোৎনরবসু মায় পাকপা ঙমদনা লৈরি। শাঙা খরদি মুৎখিবা য়াওপ্রে, শাঙা খর অমদি মুৎখিবা য়ানসু লৈরিবনি। ঐখোয়গী লমদম মণিপুর অসিদসু থবক শুবা ঙম্বা মৈতৈ ষণগী মশিং অসিসু অসুক্কী মতিক হন্থরকলি। শাঙা য়ুমশা লোইবা হায়বসিনা মীওইবা ঐখোয়গী ইমুং মনুংগী শেনথুম ফগৎহনবগী মচাক ওইহল্লি। মীওইবগী মীশিং পোপুলেসন খঙহেন হেনগৎলকপা অসিনা এনভাইরনমেন্টতা থোকহল্লিবসি শাউচেকপু পংহাত্তা হাংপা, উন্না য়ানথৎপা, চানন্নবা চিঙ্গাক লৈরক্তবা মীগা মীগা লাল শোক্করকপা, হাৎন শুনবা, লৈফম চাফম পিকশিনলকপা অসিনাচিংবনি। মরমশিং অসিনা মহৌশাগী খন কাইরকপা ওইহল্লি। মরম অসিনা মীওইবগী পোপুলেসন কন্ট্রোল তৌবা অসি পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মী খুদিংমক্কী তৌদবা য়াদবা মথৌ ওই। মীওইবগী পোপুলেসনবু কন্ট্রোল তৌরগদি ঐখোয়গী পৃথিবীদা লৈরিবা প্রোব্লেম ময়াম অসি তংখায় অমদি তাইশিনবা সোলভ তৌবা ঙমগনি।

**************

# Chapter -17

## শা-ঙা কনবদা খেৎনবা লৈবা

শা-ঙা উচেক ৱাইয়া কনবিবা ঙাকপি শেনবীবগী থবক নিংথিজনা পাংথোকপা হৌরকপা অসি ইউকে লৈবাক্তা ইহান হাল্লা চথবা হৌরকখি। ভারতনা ইংশোক ১৯৬২ দা এনিমেল ৱেলফিয়ার বোর্দ এফ ইন্দিয়া লিংখৎতুনা শা-ঙা কনবগী ঈহৌ অসি ফজনা চথবা হৌই। মী খেৎনবা, লৈবাক খেৎনবগী মতুংইন্না শা-ঙা কনবা মীশিংগী মরক্তা য়েৎনবসু য়াওই। নেসনেলগী থাক্তা শা-ঙা কনবগী ত্রেনিং অমদি সেমিনার কয়াদা মীওই কয়ানা মাগী মাগী ৱাখল ওপিনিয়ন কয়া ফোংদোকনৈ। ভারতকী ওইনা শা-ঙা কনবা মীওইশিংনা ফোংদোকরকপগী মতুং ইন্না শা-ঙা কল্লিবা মীওইশিং অদু শা-উচেক চাদবা ওইগদবনি হায়বসিনি। শা-উচেক চাবা মীশিংনা করম্না শা-উচেক কনগদৌরিবনো ? শা-উচেক চাদবা মীনা শা-উচেক কনবদা ১০০ দা ১০০ কনবা ঙমগনি। শা-উচেক কনলিবা মীওই খরদি শাউচেক শুকচা চাদে, মনা মশিং চাই।

অমরোমদা মসিগী য়াম্না খেৎনবদা ইউকেদা শা-উচেক কনলিবা মীওইশিংনা শা-ঙা চাই। মখোয়না হায়বগী মতুং ইন্না শা-ঙা কনলিবা মীওইশিংনা শা-ঙা চাবা য়াবা অমদি শা-ঙা চাবা য়াদবা হায়বা মখল অনি থোক্লা খাইদোকপা মখৌ তাই। চাবদা য়াবা শাশিংদি মশা ইরোই য়েন ঙানু ওক অসিনচংবনি। হায়রিবা শাশিং অসি ফ্রুট এনিমেলস হায়না কৌই। চাবদা য়াদবা

শাশিংদি হুই হৌদোং খুনু অমদি জঙ্গলগী শা-উচেকশিংনি। হায়বিবা শাশিং অসি হাৎপা চাবা থেংনবগাদি এনিমেল প্রোটেক্টসন লোগী মতুং ইন্না মীশিং অদু দন্দি শোযদনা ফংগনি। শাঙা যুমশা যুমদা যোকপদা নিয়ম নিতি চুম্না নিংথিজনা য়োকপি থাকপিদ্রগদি যুমশা লোইবগী এনিমেল ওনবশিপ বাইটস কক্কনি।

ইউকে অমদি ভাবত্তা লৈবিবা শা-উচেক কনবগী থবক তৌবিবা মীশিংগী ব্রাখল অমদি থবক্তা খেৎনবা লৈ। তশেংবদি ইউকেগীদি আইল লো নিংথিজনা লৈ অদুগা আইল লো অদু থবক্তা নিংথিজনা পাংথোকই। মখোযনা চাবিবা শাশিং অদু নিংথিজনা নিযম নিতি চুম্না যোকপি থাকপি। জঙ্গলগী শা-উচেক চাবণ্দি জঙ্গলগী শাউচেক মুৎখিবা তাবনি। জঙ্গলগী শা-উচেকশিং মশিং হেনগৎহন্নবা হোৎনবা অসি অবাইবা নত্তে। জঙ্গল অমা শেমগৎপা হাযবা অসিসু অবাইবা নত্তে। হাযবিবশিং অসি চহি ১০০ দা শেমগৎপা নত্তে। জঙ্গল অমগী চপ চাবা মওং মতৌ অমা শেমগৎপা হাযবসি চহি ১০০০ অমা হেন্না চংঙি। অমাবোমদা ভাবতকিদি শা-ঙা, উচেক কনবগী আইল লৈ অদুবু আইল লো অদু থবক্তা নিংথিজনা পাংথোক্তে। শা-ষণ, উচেকশিংগী মশিং যাম্না লৈবা লৈবাক অসি ভাবতনি। ইন্দিযাদা লৈবিবা মীগী পোপুলেসন অসিসু অদুক্কি মশিং যামমি। মীগী পোপুলেসন য়াম্বা মবম্না শা-ঙা, উচেকশিংগী পোপুলেসন্দা অকাইবা পী। চহি খবগী মমাংদা ইন্দিযাগী শাষণগী পোলিসিদা খব শোইখিবদগী শা-ষণ মযাম অমা মপাল লৈবাক্তা যোনথোকলুবদগী শা-ষণগী মশিং খংতা তাখি। শেল ফংঙি, শেন্দোং ফংঙি হায়দুনা শা-ষণ পুংযোন যোনথোকপা, থাদোকপা যাদে। মসিনা মী অমসুং শা-ষনগী লৈনবিবা এনভাইবোনমেন্টতা অহোংবা অকাই লাকহল্লি।

## পৃথিবীগী শা-ষণ গী কৈথেল :

হৌজিক্কী মতম পৃথিবী অসিদা লৈবাক লৈবাক্কী ললোল ইতিক্কী ওইবা চাওখৎনবগীদমক তিবম কয়ামকম পুথোবক্কে। মদুদি গ্লোবেলাইজেসন অমসুং ফ্রি মার্কেট নি। হায়বিবা ফ্রি মার্কেট অসিদা কান্নবা কয়ামুক লৈ অদুগা কান্নদবসু লৈ হায়বদি লৈবাক অমদনা য়াম্না কান্নবা অদুগা লৈবাক খবদনা কান্নদবনি। হৌজিক্তি মসিগী কান্নবা কান্নদবা খংনবদুনা লৈবাক লৈবাক্কী ওইবা ললোল

ইতিকী পোৎলম খরদা অথিংবা থমনরে। ঐখোয়গী লৈবাক ভারতনা হিরম অসিগী মরমদা কুপ্না নৈনহৌদবদগী ইংশোক ১৯৯৩ দা ফি শান্নবা লাশিং অয়াম্বা মীরৈবাক্তা থাদোক্লুবদগী, মদুগী ফলনা ভারত মচা লাক্ফ ফুনয়োম ফি শারগা মপুন্সি হিংবা কয়া অমা থবক শুনিংঙাই চৎনিংঙাই লৈখিদে। মসিদসু নত্তুনা শা-ষণগী পোথোক হায়বদি ষণগী মউন "লেদর" ময়াম অমা মপান্দা থাদোকলুবদগী খোংউপ শারগা হিংবা মী কয়া অমা থবক শুকম চাকম লৈখিদে। শেন্দোং য়াম্না ফংই হায়দুনসু ইরমদমগী পোৎশিং খুদিংমক মপাল লৈবাক্তা য়োম্থোকপা য়াদে। ভারতকী মীশিংগী শুকম চাকম পীদবা য়াদে। শুদ্রগদি মীওইবনা করম্না চাগনি হিংগনি। মরম অসিননি দব্লিউ টি ও গী মীফমদা লৈবাক লৈবাক্কী য়েৎনবা কয়া লৈরিবসি।

ঐখোয়গী লৈবাক মণিপুরগী মোরেদা ললোন ইতিক তৌরিবসি ফ্রি মার্কেটগুম্বনি। মণিপুর লৈবাক্কীদি পোৎথোক কয়া লৈজদবনিনা ফ্রি মার্কেট অসিনা য়াম্না কান্নবা পীরি। অদুম ওইনমক ঐখোয়না শেন্দোং য়াম্না ফংঙি হায়দুনা উ-বা ময়াম অমা য়ানথৎলগা অমদি মণিপুর লমদমগী শাষণ য়ুমশা ময়াম অমা মপান্দা থাদোকপ্রগদি য়োনথোকপ্রগদি মণিপুরদা ওইহৌগদৌরিবা অসি মহৌশাগী ওইবা খল কাইথরকপা অমদি শাষণগা মীওইবগা মরি লৈনরম্বা ইনভাইরনমেনট অদু কাইরক্কনি। মরম অসিনা ঐখোয়না করম করম্বা পোৎলমদা ললোন লিতিক্কী হিরমদা অথিংবা থমগদগে হায়বদু  নৈনবা অমা মখৌ তাই।

***************

*"After all, the one great meaning of life is to be kind".*

*- Abraham Lincoln -*

# Chapter -18

# শা-ষণ হাৎপা

ভারত হায়বা লৈবাক অসি অণ্ডকপা লৈবাক অমনি। লৈবাক অসিদা শাষণগী কাংলুপ শুনা লৈ। পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাক লৈবাক্কী শাষণগী মশিংদগী ভারত্তা লৈবা শাষণগী মশিংনা খ্বাইদগী ইহেন হেল্লি। মরম অসিনা শাষণনগী লনথুম লৈবা লৈবাক অমা ওইরি। হৌজিক্তি ভারত্তা শাষণবু নুংশিবা এনিমেল লভর ময়াম অমা লৈরবনিনা শাষণগী য়াইফ থৌরাং প্রোটেক্টসন নিংথিজনা তৌরে। মসিগী মথক্তা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা শাষণ অমদি জঙ্গলগী শাউচেকশিং কনবীনবা এনিমেল পোলিসি এগু লো কয়া পুথোক্লুনা থবক ওইনা পাংথোকপা হৌরে।

ঙসিদগী চহি ১০/১৫গী মমাংদা ভারত্তা ওইখিবা শাষণগী ফিভম অমুক্তং নিংশিংবা য়াই--- মতম অদুদা ভারত্তা শাষণগী ওইখিবা খুদোংথিবা ফিভম অদু অণ্ডকপনি। মতম অদুদা পৃথিবীগী মনুংদা শাষণ খ্বাইদগী হাৎপা লৈবাক অসি ভারত ওইখি। শাষণ হাৎপা অদুসু য়াম্না তমথিবা মওংদা হাৎলি। অমেরিকা অমদি ইউকেদা লৈবা শাণ্ডাগী লমদা থবক তৌবা ওর্গেনাইজেসন PETA অমসুং RSPCA অনিনা থিরুবদা ফংলকপা রিপোর্ট অমা অসুম্না ওইখি --- ভারত অসি ষণশা য়াম্না চাবা লৈবাক নত্রে অদুবু কবিগীদমক্তা ষণ অসি অদুক্কী মতিক হাৎলিবনো হায়বদুগী মবম খংবা ঙমখি। ষণ ময়াম অসি হাৎলগা ষণশা অসি মপাল লৈবাক্তা মরুওইনা বঙ্গলাদেশ, পকিস্থান, মালাশিয়া, অরাব লৈবাকশিংদা

থাদোকখি। ষণ-শা য়োনবা অসিদা শেল য়াম্না ফংই অমদি মপাল লৈবাকশিংনা ষণশা অসি য়াম্না পাম্না লৈনৈ। শাষণশিং অসি করম্না হাংপনে' হায়বদুসু রিপোর্ট অদুনা অসুম্না পালি--- হৱাগাড়ি অমদা ষণ মশিং হেন্না হ'পচিন্দুনা অহিংদা লোন্না হুরান্দুনা গাড়ি অদু কম্না য়াংনা থৌই। হৱাগাড়িনা চেংবদা শা-ষণশিং অদু অমগী মথক্তা অমনা তুই। মসিদা গাড়ি মনুংদা শা-ষণশিং অদু য়াম্না থিনা শোকপা য়াওই। মসিগী মতুংদা টাটা হৱাগাড়িদগী লৌথরগা শাষণশিং অদু খোং লম্বীদা কিলোমিটর ৩০/৪০রোম লম্বীদা ফুদুনা হোইদুনা পুদুনা ষণ হাংফম তান্না পুই। মসিবু ইংলিস্তা(Death March) হাইনা কৌই। লম্বীদা ঈশিং অমদি মচিঞ্জাক পীজদে। অরোইবা শাষণশিং অদু ষণ হাংফমদা হাংলবা মতুংদা ষণশা অদু মপাল লৈবাক্তা থাদোকখি। মসিদসু নত্তে রিপোর্ট অদুদা অসুম্না য়াওরি মদুদি ভারত অসি পৃথিবীগী খ্বাইদগী ষণগী মউনদগী লৌবা লেদর পুথোকপা লৈবাক অমনি। লেদর অসি মপাল লৈবাকশিংদা মরুওইনা ইউকে অমেরিকা ইউরোপ লৈবাকশিংনা মখোয়গী ফুরিং জেকেট খোংউপনচিংবা শানবগীদমক্তা য়াম্না পাম্না লৈ। মরম অসিদগীসু ষণশিং অসি হাংলি। অসিগুম্বা মরমশিং অসিদগী ভারতকী মহৌশাদগী লৈজরম্লবা শাষণগী মশিং অসি অদুক্কী মতিক হুনথখি। ভারত্তা ষণ হাংপা থিংগে হায়রবদি ভারত লৈবাক খক্তনা তৌগদবা নত্তে।মপাল লৈবাকশিংনা ভারতকী শাষণবু নুংশিরগদি ভারত্তগী ষণশা অমদি লেদরগী পোথোক কাহেন্না লৈরোইদ্রবনি। হায়রিবা ষণ হাংপগী প্রোব্লেম অসি ভারতকিদা নত্তে। মসি ইন্টরনেসনেলগী প্রোব্লেমনি। য়াম্না ওকপা অমনা ইকুই কুইম্রিঙৈগী মমাংদা অমেরিকাগী ফেশন শো অমদা মশক ফজবী নুপী অমনা ফজবা লেদরগী জেকেট অমা লিংলগা কেট ৱাক শো অমা উংখি। শাষণ কনবগী লমদা থবক তৌবা মীওই খরনা ফেশন শো উংলিবা নুপী অদুদা নোক্লখি, লক্ল খি অমসুং অসুম্না হায়খি--- নুপী নহাকসু শাষণশিংবু নুংশিদবা মী অমনি। লেদর হায়বসি শাষণ হাংলগা ফংলকপা পোৎশক অমনি। ফেশন শো অদু য়েংলিবা মীওই অয়াম্বা হীরম অসিদা জ্ঞান তাবা হৌখি।

## রুরেল ইকোনোমিঃ

ভারত্তা শাষণগী মশিং অসি ক্রোর ২১ রোম হেন্না লৈ। অদুবু ভারত্তা

ষণগী মশিং খংহন হল্বকিবা অসি চহি অমদা ষণ ক্রোর ১.৫ রোম হাৎলি অদুগা হায়বিবা ষণশা অসি মপাল লৈবাক্তা থাদোকখি। মপাল লমদা ষণশা থাদোকপা থিংলগদি ভারতকী ষণগী মশিং হল্বকপা অসি থিংবা ওমগনি। অদুগা অমনা ষণদং মিথুন অসি পৃথিবীগী ওইনা মশিং লাক্ষ ২ বোমনি। মসিগী মনুংদা মশীং লাক্ষ ১.৪ বোমদি নোর্দ ইষ্ট ইন্দিয়াদা ফংডি। ফুট এণ্ড এগ্রিকলচব ওর্গেনাইজেসনগী রিপোর্ট অমনা অসুম্না পল্লি অদুদি ভাবত্তা ষণগী মশিং অসি শক্ক তংখাই অমদা হল্বরে। মরমদি ষণশিং অসি হাৎলগা ষণশা অসি মপাল লৈবাক্তা থাদোকখিবদগীনি। ষণশা মপালদা থাদোকপা অসিদা শেল ফংডি। হায়রিবা শেল অসি ইনাকখুনবা মীওইশিংগী মখুত্তা য়ৌখি। মসিগী ফলনা ভাবতকী খুঙ্গং লাক্ষ ৬ বোমগী মীওইশিং শাষণ য়োল্লগা চান শেংনবা তৌরগা হিংজবা কয়া অমা শাষণশিং লৈত্রবনিনা শুফম চাফম লৈত্রবনিনা লায়রবা ওইরকই। মরম অসিনা ভারতকী খুঙ্গশিংগী মীওই মিলিয়ন ২০০ রোম মখোয়গী শাষণ লৈজদবা, কৌউ শিংউবগী লম লৈজদবা, খুৎশুমন মৎশিদবগী শম্না হায়রবদা রুরেল ইকোনোমি মুথৎশিদবগী অসুক য়ামথ্রবা খুঙ্গংগী মীওইশিংনা মখোয় মখোয়গী হিংনবগীদমক সিটিদা দেলহি, মুমবাই, কোনকোটা চেনাইদা চঙশিবা মাইগ্রেসন তৌরকই। মসিনা সিটিগী পোপুলেসন হেনগৎহল্লি। মরম অসিনা খুঙ্গংগী লমদম শেমগৎপা হায়বদি রুরেল ইকোনোমি শেমগৎপা য়াম্না দরকার ওই।

***************

*" Religion is the practice of love - of compassion - in all the walks of life ."*

*- Ashoka -*

## Chapter -19

# গ্লোবেল মিট অউট মার্চ ২০

ঐখোয়না এনিমেল জরনেল খরদা অসুম্না থেংনরি মদুদি মার্চকী তাং ২০ নুমিৎ অসিদা পৃথিবীদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না শা চাবিগনু হায়না অপিল তৌবা অমা। নুমিৎ অসিদা শা চাবিগনু হায়বগী মরম খর পীরি। শা চাদবা নুমিৎ মার্চ ২০ ইংলিস্তা হায়রগা গ্লোবেল মিট অউট মার্চ ২০(Global Meat Out March 20) হায়বা কেমপেইন অমা আমেরিকা অমদি ইউরোপ্তা ইংশোক ১৯৮৫ দগী হৌদোকখি। অহানবমক্তদা আমেরিকাগী মীওই মিলিয়ন ৩০ হেনবনা য়ানদুনা সাইন তৌনদুনা নুমিৎ অসিবু শা চাদবা হায়না লেপনখি। নুমিৎ অসিবু হৌজিক্তি পৃথিবীগী ওইনা শা চাদবা নুমিৎ হায়না পালন তৌবে। ভারত্তসু নুমিৎ অসিবু চহি ১০ গী মমাঙদগী শা চাবা মীওই কয়ানা নুমিৎ অসিদা শা চাদবা নুমিৎ হায়না পালন তৌনরে। অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক লমদম অসিদদি শা চাদবা নুমিৎ অসি তাবতা মঙাইহিরি। শা চাদবা নুমিৎ মার্চ ২০বু পালন তৌবগী মরমদি ঐখোয় মীওইবগা লৈমিন্নরিবা শাশিংবু নুংশিবা উৎপগী খুদমনি। নুমিৎ অসিদা ঐখোয়না শা চাদ্রগদি নুমিৎ অসিদা হাৎকদবা পৃথিবীগী ওইনা শা লাক্ষ কয়াগী মপুন্সি কনবা ঙম্মী। মসিগা লোয়নননা নুমিৎ খুদিংগী শা চাবগী হেবিট অসি থাদোক্লবা পান্দম্মী। শা চারবসু থা ১গী মনুংদা ১/২ রক্তং চাবগী হেবিট শেমবনি। অদুগা অয়াম্না নুমিৎশিংগা মনামশিং চাবগী ফুট হেবিট অমা শেমবনি। মীওইবনা মনা মশিং চাবগী ফুট হেবিট লৈরগদি শাশিংগী মপুন্সি কনবা ঙমলে অমসুং

এনভাইৰোনমেন্টস্ ভাকপি শেন্নবীবা ভমলে। মনা মশিং চাবনা ঐখোয় মী ওইবগী পুক্সি শাংনা হিংবা ভস্মী। শা চাবদগী ফংবা প্রোটিন খুদিংমক মনা মশিংদগী ফংবা ভস্মী। শা নুমিৎ খুদিংগী চাবনা ঐখোয়গী হকচাংদা ব্লদ প্রেসব ব্রাংহল্লি, কিদনি শোকহল্লি, খোং হাম্বা নিংথিনা য়াহনদে। কবিগুম্বা কান্দা শা ফংতবা চাকববদি শাথিববা লায়না ফাওবা নাহল্লি। হৌজিক্কী মতমদা শা চাবা মীশিং অসি এনটিবাইওটিক ৰেজিসটেন্স(Antibiotic Resistance) অযাম্বা ওই। ঐখোয়গী লমদমগী মীওশিংস্ হায়বিবা গ্লোবেল মিট আউট মার্চ ২০ নুমিৎ অসিগী মবমদা খঙমিন্নবা অর্মাদ মসিগী কান্নবা চৎনবা যাবা লৌশিনবা তাই।

## শগোল পোনি অমসুং শগোল কাংজৈ

শগোল কাংজৈগী মশান্না অসি মনিপুবদগী হৌখিবনি হাযবসি পৃথিবীদা লৈবিবা মীশিংনা খঙনববা য়ানববা, যেৎনবা লৈত্রবা ব্রাফম অমনি। পোলো গেমস অসিদা শিজিন্নবিবা মনিপুবগী শগোল মচা পোনি হাযনা খঙনবিবা শগোল অসিসু পৃথিবীদা মামিং লৈবিবনি। পোনি শগোল অসি লাযনা নাগন্দে, মশা খিং খিং লাউই, লমজেল য়াংঙি। মমাংঙৈদদি মনিপুবগী শগোল অসি পোৎ পুথোক পুশিন তৌবগীদমক চীংগী লমদা যাম্না শীজিন্নবম্মী। হৌজিক্তি হব্রাগাড়ি থোবক্লবনিনা শগোল শীজিন্নবগী চাংসি য়াম্না হন্থবে।

পোলো গেমস শেমগৎকে হাযবগদি মনিপুবগী শগোল হান্না শেমগৎপা তাবনি। শগোল লোইবদা মতম চুপ্পদা থৌবিনা পুন্দুনা থম্বা যাবা নত্তে। শগোলশিং অসি অহংবা লম্পাক্তা মতম অযাম্বদা থাদোক্লুনা থম্বা তাই শগোলশিং অসি তোংদুনা থৌনবনি হাযদুনা নুং মবক্তা, কোইলাসকী লম্বী শাবোক্তা, নোংজু নুংশা মবক্তা, মতম চুপ্পদা গৈদুনা শান্নবা যাদে পোলো গেমস শান্নবা অসিসু নুংশা যাম্না শাবা মতমদা শান্নবা যাদে। পোলো গেম[illegible] শান্নবা লোইববা মতুংদা শগোলশিং অদু নির্ংথিজনা পোন্নাহল্লবা মতুংদা ঈশিং [illegible]

[illegible]

[illegible] অদুদু [illegible] তান্না 'কাঙ্গো [illegible]

[illegible] শগোল অদু [illegible] হল্লকই [illegible] শগোল অদু শান্নবনা মতুংদা [illegible] অহংবা অমুক্তা [illegible] হল্লি। মীওইবনা শগোলগী অবাবা খঙদে,

শান্নবগী য়েংবগী নুংঙাইবা অদুতা থল্লি। মরম অসিনা পোলো গেমস শিল্লি লাংলিবা ওর্গেনাইজেসন্না করিগুম্বা নিয়ম থর শেমবিদুনা শগোলশিং অসিগী ৱে লফিয়ারগীদমক করিগুম্বা থবক থরদং পাথোকপা তাই। থবকশিং অদুদি শান্নবদা শিজিন্নরিবা শগোলশিংগী থমফম, পোথাফম, ঈশিং অমদি মচিঞ্জাক পিজনগী থবক থৌরাংশিং হান্ননা শেম্বী শাবীবা তাই। পোলো গেমস শান্নরবা মতুংদা শগোলশিংবু পোথাহনবা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। শাগোলগী ৱেলফিয়ার করিমত্তা লৈত্রগদি ক্রুয়েলটি টু এনিমেলস এক্ট হায়বা অদুদা চনগনি।

ইউকেদা শগোল থৌবা, পোলো গেমস শান্নবা অসি অচৌবা ফেসন অমা ওই। ময়াম্না পাম্নবা হোবি অমসু ওই। মখোয়গীদি পোলো গেমস শান্নফম নিংথিজনা শেম শাই। শগোল নিংথিজনা য়োকই অদুগা শগোল থমফম থাফম মফম চাওনা শেমদুনা থম্মী। চহি অনিদা ওাইরিবা শগোলনু শান্নবগীদমক্তা প্রাকটিস তৌবা য়াদে। শগোল মশা শোকহল্লি, চাউদম শিহল্লি। চহি অহুম শুরগদি পোলো শান্নবগী প্রাকতিস তৌবা যারে। শগোলদা হিদাক কাপশিল্লগা শান্নবা য়াদে। মনিপুরগী শগোল কনগে হায়রগদি শগোল থাফম ষণজাবুং হান্না কনবা তাই। পোলো গেমস মাম্বিং লৈহনগে হায়রগদি শগোল থাফমগী মফম মতিক চান্না থম্বা তাই।

***************

*"How can he be possessed of kindness, who to increase his own flesh, eats the flesh of other creatures ?"*

*- Thiruvalluvar -*

## Chapter -20

# ইকোলোজিকেল ইম্বেলেন্সনা থোকহল্লকপা

মহত্মা গান্ধিনা হায়বম্বা য়াহৈ খবা লৈ মদুদি "লৈবাক অমগী অচুম্বা, অফবা চাওখৎপা অসি কবম্না উৎকদগে হায়বগদি লৈবাক অদুদা লৈবিবা মীশিংনা অকোয়বগী ফীবম ইনবাইরোনমেন্টপু ফজনা নিংথিনা থম্না অমদি শাগ্তা উচেকশিংবু নুংশিনা লোয়নবিবা গুর্কপ শেম্নবিবা অদুনা লেপকনি।" ঐখোয়না লৈবাক অমা চাওখৎলে হায়না লৌবিবসি লৈবাক অদুগী লম্বী থোং ফুবা দলাল সহব, ফেক্টরি চাওখৎপা অদুখক্তমক উই। হায়বিবশিং অসি চাওখৎনবা হোৎনবদা নাকল অমবোমদা লৈবাক লৈহাওবু প্লাসতিক পোলুসম্না মাংহনবা, পাৎ তুবেলগী ঈশিংবু মোংহনবা, জঙ্গলগী উ-বা কোকথোকপা, শা-গা উচেকশিংগী কাংলুম্বু মাঙহনলগদি লৈবাক অদু চাওখৎপা হায়না কৌরোই মরমদি মসিগী চাওখৎপা অসিনা ইকোলোজিকেল বেলেন্সপু মাঙহল্লি। শাউচেকশিংগী লৈফম চাফম হেবিটেৎ মাঙহনবনা ইনভাইরোনমেন্ট ইমবেলেন্স ওইহল্লি। ঐখোয়না অমুক্তং নিংশিংবা য়াই অদুদি জঙ্গলগী শা-কৈ শামুনা মীবু হাৎলক্লিবা করিগীনো ? মীওইবগী মীশিং য়ামখৎলকপনা শাগ্তাগী লৈফম চাফমদা খুনদারকবদগী শাগ্তাগী লৈফম চাফম লৈবক্তবদগী মীওইবদা ওনশিল্লকুনা অইনরকুনা মীবু হাৎলক্লিবনি। মীওইবনা ইকোলোজিকেল বেলেন্স গুক্লা থম্না অই।

### কৈগী মশিংঃ

পৃথিবী পুম্বগী হৌজিক লৈরিবা কৈগী মশিং অসি শুপ্নগী লিশিং অরেংখক্তা

মঙাইবে। মসিগী মনুংদা ভাবত্তা লৈবিবা কৈগী মশিংনা লিশিং অহুমলোমনি। মসিনা তাকপদি পৃথিবী পুম্বগী কৈগী মশিং অসি অযাম্বনা ভাবত্তা লৈ। ভাবত লৈবাক্তা লৈবা কৈগী মশিং অসি যাম্না হনথবক্নি। মসিগী মবমদি শাদানবনা কৈশিংবু তোইনা তোইনা হাৎলগা, কৈগী উনশাগী মউন অসি কববাব তৌই। মদুত্তা নত্তনা কৈগী শক অসি হিদাক শেম্বদা শিজিন্নে। শাঙাগী লমদা থবক তৌবা মীশিংনা হাযবি মদুদি পৃথিবীদা কৈগী মশিং য়াম্না লৈবা ভাবত্তা কৈ মুৎথ্রগদি পৃথিবীদা কৈ হাযবা শা মখল অসি মুৎপা যাই। মবম অসিননি মপাল লৈবাকশিংনা ভাবত্তা কৈ মশিং হেনগৎনবা হোৎনবা প্রোজেক্টশিংদা মতেং যাম্না পাংলক্লীবা অসি। শেল যাম্না ফংঙি হাযদুনা কৈবু হাৎলগা কববাব তৌবগদি ঐখোয়না শাঙাগী কাংলুপ অমবু পৃথিবী অসিদগী মুৎথৎহনখিবগী থবক তৌবে হায়না লৌগনি। মনিপুবদসু কৈগী মশিং খব লৈ হাযবা খুদম ফংঙি। মনিপুবদা লৈবা কৈ অসি ঈশিং পামজবা কৈশিংনি। মখোযনা জঙ্গলগী পাৎ তুবেল তু খোং মনাক্তা লৈ। ঐখোযনসু মনিপুবদা লৈবিবা শাশিংগী মশিং হেনগৎহন্নবা হোৎনবা তাই।

## লিল পঙহাৎতা হাৎতোকপাঃ

ভাবত্তা লৈবিবা লিল ময়ামশিং অসি চামাগী মনুংদা ৮০দি মহ্ চেনদবা লিলশিংনি অদুগা চামগী মনুংদা ২০দি মহ্ চেনবনি। মহ্ চেনবদা হায়বগা খাবৌ তাংলৈ লিনদুনচিংবনি। লিলনা চিকপদগী ফাহন্নবা হিদাক হায়বদি এনটি ইসনেক ভেনোম শিবম অসি মহ্ চেনবা লিলশিংদগী লৌবগা শাশিংদা কাপশিল্লগা চায়েং তৌবগা এনটিবোদি শিবম ওইনা লৌবগা ঐখোযনা শিজিন্নে। লিলগী মকওইবা কযাৎ অসি মবেনি। মবৈ অদু যাম্না শাংনা তিংথোক্লগা মনম নম্বগী ওইবত্তা নত্তনা কবি তৌগনি, কবি চাগনি, হায়বগী মথৌ অদু তৌই। লিলনা উচি নত্রগা হঙোই অমা চাম্ববদি নুমিৎ কয়ানিবোম শুকচা চাদনা লৈবা ঙম্মী। খব চ'ওবা জীব অমা চাম্ববদি থা ১ বোম শুকচা চাদনা অদুম লৈবা ঙম্মী। মবমদি মখোযগী ইনর্জি অসি থোইনা শিজিন্নিংঙাই লৈতে। লিলগী মহ অসি মখোযগী চ'কা তুমহনবগী ইনজাইম ওইনা শিজিন্নে। লিলনা মকওইনা উচিশিং ফাদুনা চাই। উচি অমনা চহি অমদা কেজি ১২ বোমগী মচৈ মবোং ম ঙ'নবা ঙম্মি। অদুগা মীওইবগী চানবা চিঞ্জাক কয়ামকম উচিনা মাঙ তাকহল্লি। লিল লৈবনা উচিগী

মশিং অসি অসুক্কী মতিক হন্থহল্লি। করিগুম্বা কান্দা ঐখোয়গী য়ুমদা নত্রগা ঐখোয়গী লৈফম চাফমদা মহু পুবা লিলনা মচিঞ্জাক তান্নরকপদা চংলকপা য়াওই। মসিদা ঐখোয়না খুদোংথিবা ওইবনিনা ঐখোয়না মখোয়বু হাৎপা য়াই। অদুবু লম্বী শোরোক্তা লমহাংদা চীংমান্দা ঐখোয়না লিল অমা হেক্তা উরগা থেংনরগা হেক্তা পঙহাৎতা হাৎপা তৌরোইদবনি। মখোয়সু ইকোলোজিকেল বেলেন্স অসিদা শরুক য়ারিবা অমা ওইবিবনি।

## শা-ঙা ফাবিবাঃ

ঐখোয়না য়াম্না তোইনা তোইনা খবর পাউচেশিংদা, মীওই খরনা শা-ঙা উচেক ফাবগী পাউ য়াম্না তাই। মীওইশিং অসিনা ফারিবা শা-ঙা অয়াম্বা অসি শাঙ্গি উচেক লাইরেল পাইথোন অমসুং জঙ্গলগী শা-উচেকশিংনি। ফারিবা শা-উচেকশিং অসি য়ুমদা লোইবা য়াবা নত্তে। মখোয় জঙ্গলদা লৈরগা চাকতাবা শা-উচেকশিংনি। ঐখোয়না য়ুমদা য়োকপা লোইবা য়াবা শাশিংদি হুই, হৌদোং যণ ইরোই হমেং অসিনচিংবনি। করিগুম্বা কান্দা মীশিংনা চীং মান্দগী লাইরেল পাইথোন ফারগা পুরকপা কয়া য়াওই। ফারিবা লাইরেল পাইথোন অদু নুমিৎ তরানি শুরে করিমত্তা চাদনা লৈবা হায়বা পাউ কয়া তান্নে। ঐখোয়না খঙবা য়াবদি লিলগী কাংলুপ অসি নুমিৎ খুদিংগী মচিঞ্জাক চাদে। অমুক চাবনা নুমিৎ মঙা তরানি রোম চৎলি। মরমদি মখোয়না চারিবা জীবগী অচৌ মচাগী মতুংইন্না। ঐখোয় মীওইবনা চীং মান্দগী শাউচেক মরম লৈতনা ফারোইদবনি। করিগুম্বা কান্দা ফারবা তারগসু জু ওথোরিতিগী মতেংগা লোইননা জঙ্গলদা মখোয়গী হেবিটেত্তা অমুক হন্না থাদোকপীগদবনি। ঐখোয়না মখোয়বু য়ুমদা থম্বা য়াদে। কনা অমত্তনা য়ুমদা জু লিংখৎপা য়াদে। চীং মানদা জঙ্গলদা লৈবা শাউচেকশিংদি চীং মান্দা লৈজদবনি অদুগা য়ুমশানা মীওইবগা লৈমিন্নগদবনি।

**************

## Chapter -21

# মঙ্গাবুং কনশি

ঙসিদগী চহি ১০ গী মমাংদা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টকী মিনিস্ত্রি ওব সোসিয়েল জস্তিস এণ্ড ইমপাৱারমেন্ট, মতম অদুগী এনিমেল লভর মেন্নকা গান্ধিগী লূচিং মখাদা ভারতকী ষ্টেট খবদা শাষণগী মহৌশাদগী লৈরম্লবা শাষণগী লৈফম চাফম হায়বদি মঙ্গাবু কয়া কনবা হৌরক্লিবসি তশেংনা অফবাগী, অচুম্বগী খোংথাং অমনি। কনামত্তুনা সরকাবগী ওফিস স্কুল ফেক্তুবী শাজিনবা য়ারোই। শান্ন খোংনবগী ষ্টেডিয়ম শাজিনবা য়ারোই, মীনা লৈনবা লম খোপচিনবসু য়ারোই। লৈকায় অদুগী মফম অদুগী শাষণগী মঙ্গাবুং ওইনা থমগদবনি। মঙ্গাবুং কন্দ্রগদি শা-ষণগী লৈফম লৈরক্তুবনা মরম ওইদুনা লম্বী সোরোক্তা বাজারদা শাষণননা লৈরকপা মশানা তাবনি। মীওইবনা শা-ষণদা ওংপা নৈবগী চাংসু হেনগংবা মশানা তাবনি। মমৈথংদা শাষণগী মশিং খজিক্তা ওইবকপা তাবনি। পনবা য়াই মদুদি চাওখংলবা লৈবাক ইউকেদা মীনা লৈবা মফমদগী শাঙানা লৈনবা মফমনা হেন্না চাউনা কনদুনা থম্লি। শাষর্ণশিংগী লৈফম পীদবা য়াদে হায়দুনা মখোয়গী সরকারনসু গ্রেজিং ফিল্দ কয়া অমা কন্দুনা থম্লি। থাদোক্তুনা থম্বা শাষণদগী ফংবা শঙ্গোম, য়েকম কয়াদা ভিটামিনগী শরুক হেন্না য়াওবা হেল্লি।

ঙসিদি ঐখোয়গী লমদম মনিপুরগী মফম কযাদা মঙ্গাবুং কয়া মাঙখরে। মাঙখ্রিবা অসি মরুওইনা অহাঙবা লম কয়া খোপচিনখিবা, পট্টা তাশিনখিবা, শান্নফম ষ্টেডিয়ম ওইশিনখিবা, সরকারগী ওফিস স্কুল ফেক্তরি শাজিনখিবা

অসিনচিংবনি। মাংখিবা লম মাগুপ্পুগসু অহাংবা লম ভবজিন লেন্দ ওইবা মঙ্গাবুং খবদি লমদমশিদা অদুমক মাৈবিবি। মসি ঐখোয়না অমদি সবকাবনা কন্ননবা হোংনবা তাবনি। ঐখোয মীওইবনা হ্যমেন বাইট নৈনবদৌনা এনিমেল বাইটসু নৈনবা তাবনি। ঐখোযনা খগুবা য়াবা অমদি মনিপুবগী মৈতৈ মণশিং অসি লোইবদা রাদে, মচিঙ্গাক যাম্না চাদে, থবক শুবদা মপাঙ্গল কনবা জীবনি। মৈতৈ মণ মনিপুবগী রাংমাদা মপালগী ষ্টেটটা থাদোকপা য়োনথোকপা থিংবা তাবনি। মসিনা মৈতৈ মণগী কাংলুপ কনবা গুমগনি। মঙ্গাবুং কন্ননবগীদমক মনিপুব সবকাবনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌবা তাই। মথংদা লোকেল ক্লব অমসুং ওর্গেনাইজেসনশিংগী থৌদাংসু য়াম্না চাউনা লৈ। মসি ঐখোযগী তৌগদবা বাইট এণ্ড ডিয়ুটিনি।

## মনিপুরগী গর্ভনরস বঙ্গলোঃ

মনিপুবগী ইম্ফাল সহবগী ময়োম্দা লৈবিবা গভর্নবস বঙ্গলো অসি ইম্ফাল সহবগী অকোইবদা লৈবিবা শাউচেকশিংগী নুমিৎদাং অহিংদা চংজফম যাবেকফম ওইবা শেলটব বঙ্গলো অমনি হাযবদা হাযমনবা থোকলোই। গর্ভনবস বঙ্গলোগী মক ওইনা মনিংথংবদা লৈবিবা য়াম্নবা উব্রাশিং অদুদা মখল খুদিংগী উচেক রাইয়াশিংনা যাবেক্কুনা লৈ। গভর্নবগী বঙ্গলো অসি উচেক রাযাশিংগী অমত্তা ঙাইববা ইম্ফাল সহবগী বার্ড শেল্টব অমনি হাযনা মতম অদুগী গর্ভনব ওইখিবা হুজ এক্সিলেন্সি ও.এন.শ্রীভাষ্টাভনা হায়খিবা লৈ। নুমিৎদাংরাইবমগী পুং ৫/৬ তাবা অদুরাইগী মতমদা গভর্নব বঙ্গলোগী মনিং কৈশামপাৎ তাবা লম্বীগী পবিংদা হৌবিবা উব্রাশিং অদুদা উচেক মখল কযানা নুমিৎদাংরাইবমদা যাবেক্কুবগীদমক অমগা অমগা হৌনা খোংনবা মখোল তাবা ফংগনি। অচৌ অচৌবা ওফিসাবগী বঙ্গলো অমদি Sanctuary খুদিংমক শাউচেকশিংগী চংজফম ওই। মসিগী মবমদি ওফিসাবশিং অদুনা শাউচেকশিংবু নুংশিবি অমদি ঙাকপি-কনবি-শেনবি।

## Quarantine Measure:

ঐখোয়না য়ুমশা অমা মণ ওইবা য়াই, হুই হৌদোং অমা ওইবা য়াই মপাল লৈবাক্তগী হেক্তা লৈবগা ঐখোযগী লমদমদা হেক্তা পুশিনলকপা য়াদে। খুদম

ওইনা হায়রবদা মপালগী হুই অমা লৈরগা ঐখোয়গী লমদমদা পুরকপা তারগদি হুই অদু পুরকত্রিঙৈগী মমাংদা হুই অদুদা লায়না করি করি লৈবগে খংদোকপা তাই। শম্মা হায়রবদা হুই অঙাওবগী লায়না রেবিজ(Rabies) লৈবরা খঙদোকপা তাই। হুই অদুদা লায়নাশিং লৈতে হায়বা দোক্টরনা য়েংখিবগী সার্টিফিকেট দরকার ওই। হুই অদুগী হেলথ রেকোর্ডতা ভেক্সিনেসন তৌখিবগী, ব্লট টেসটিংগী রিপোট শুনা য়াওগদবনি, লোইন লোইননা হুই অদু মশক খঙনবগীদমক বোদি পারমেনেন্ট আইডেন্টিফিকেসন য়াওগদবনি। হুই অদু মতম খরদি লোকেল হুইশিংগা শম্নহনদনা চায়োল খর নত্রগা থা ১/২ দি মতোমতা থম্না তাই। মসিবু ইংলিস্তা হায়রগা Quarantine measure কৌই। হায়রিবা মতম অসিদা করি করি লায়না হুই অদুদা নারক য়েক্লকপা য়েংবা তাই। মসিদা লায়না অমত্তা নাদ্রগদি লোকেলগী হুইশিংগা লোইনহনবা শান্নহনবা য়ারে।Quarantine measure গী মতমদা হুই অদুদা অফবা চিঙাক ঈশিং নিংথিজনা পীজবা তাই। লৈফম চাফম নিংথিনা থম্বীবা তাই। Quarantine measure না য়ুমশা অমগা অমগা লায়না তিন্না লৌনবা শন্দোকপা থিংঙি অমদি লায়না লায়েংবদা খুদোং য়াম্না চহনলি।

***************

*" He who treats all creatures with equal care earns my special devotion(18-54 : Gita)*

*- Shri Krishna -*

# Chapter -22

## শা-উচেক ফাবা

এনিমেল ব্রেলফিয়াবগী মতুং ইন্না জঙ্গলগী শাউচেক ফান্নবা লাং শাবা, কৈথেন্দা যোনবা অমদি মসিবু শিজিন্নদুনা শাউচেক ফাবা যাদে। লাং শিজিন্নদুনা শা-উচেক ফাবাদা শা-উচেক অদুদা অনাবা অৱাবা অমদি অশোক অপন যাম্না মশাদা শোকহল্লি। এনিমেল ব্রেলফিযাবগী মতুং ইন্না শাউচেক্কী মশাদাঅনাবা অশোকপা য়াওহন্দনা অহিংবা শা-উচেক অদু ফাবা য়াই। কবিগুম্বা মবম অমগীদমক শা-উচেক অদু লাং থাক্লুনা ফাগে হাযবগদি উচেক ফানবা লাং অদু পুং ১২ খুদিংগী যেংশিনবা চেক তৌবা চৎকদবনি। লাং থাক্লমলগা অমুক হন্না যেংশিন্দবা য়াবোই। মসিগী মবর্মদি লাং অদুদা শা-উচেক অদু থুবক্লগদি যেংশিনহৌদবদগী শাউচেক অদু মচিঞ্জাক চাবা ফংদদুনা যাম্না অৱা অনাগা লোইন্না শি। মসি শাউচেক অদুদা ক্রুয়েল্টি তৌবা কৌই। কবিগুম্বা মবমগীদমক্তা শা-উচেক অদু হাংপা তাবগসু হ্যিউমেন কিল্লীং মেথোড হাযবদি শা-উচেক অদুদা অনাবা অৱাবা পিদনা হাংপা তাই। শা-উচেক হাংপা অদুদা মতম খজিক্তা ওইবা তাই। এনিমেল ব্রেলফিযাবগী মতুং ইন্না মীওইবনা শা-ঙা হাংপা মতমদা হু পোইসন শিজিন্নবা যাদে। মসিনা শাঙা অদুনা শিবা মতমদা যান্না অৱা অনা মাইযোক্লে। শাঙা অদুনা শিবদা যম্না রানা শি। লৌউশিংউবদা শিজিন্নবিবা কেমিকেল পোইসন অসি শাঙা হাংপদা শিজিন্নবা যাদে। শাঙা হাংপগাদি হ্যমেন কিল্লিং মেথোড ওইনা তৌগদবনি। লৌউ শিংউবদা শিজিন্নবিবা

কেমিকেল পোইসন সমষ্টেন্স অসি কাহেন্না শিজিন্নবদগী পাং তুরেল লুতোংদা লৈরিবা ৱাইল্দ এনিমেলশিংগী মপুক্সিদা খুদোংথিবা হু লেথেল ওইহনলি।

মীওইবনা শা-উচেক্কী লৈফম চাফম এনভাইরোনমেন্ট অসি মাংহন তাকহনবা মরম্মা ৱাইল্দ এনিমেলশিংদা অৱাবা অনাবা পী। মীওইবনা শা-উচেকশিংগী লৈফম চাফম মাংহনবগী খুদম খর পল্লবদা শা-উচেক্কী হেবিটেট মাংহনবা নত্রগা শা-উচেকশিংগী হেবিটেট্টা মীওইবনা অয়েংপা পীবা, Removal of hedgerows, destruction of wet lands অমসুং চীংয়া তময়া জঙ্গল মৈ থাদোকপা অসিনচিংবনি। শাউচেকশিংনা লৈজবা Land, Air, Water বু মীওইবনা শিজিন্নবা কেমিকেল সবষ্টেন্স ৱেস্ত প্রোদক্ট অসিনা পোলুসন নকোইননা ৱাইল্ড লাইফশিংদা অৱা অনা পী। অদুগা ৱাইল্ড লাইফশিংগী এনভাইরোনমেন্টতা ডাইরেক্ট ডেমেজ মাং তাংহনবা ওইহল্লি। এনিমেল ৱেলফিয়ারগী মতুং ইন্না মীওইবনা শা-ঙাগী মরমদা খঙনবা হোৎনবা অমদি ছাত্র ছত্রিশিংনা শাঙাগী মরমদা তম্বা মতমদা এনিমেল Ethics অমদি মখোয়গী লাইফ এনভাইরোনমেন্ট মুন্না খঙবা তাই। শা-ঙাশিংগী নোবমেন এনভাইরোনমেন্ট শোকহনবা য়াদে।

ঐখোয় মীওইবনা মপাল লমগী শাঙা (Exotic animals) লোইগে হায়রগদি ঐখোয়না অহানবদা শা-ঙা অদু গী মবমদা মুন্না খঙলবা মতুংদা য়োকপা তাই। মপালগী শাঙা লোইবদা এনিমেল কিয়ার য়াম্না চংঙি। মসিগী মবমদি শাঙা অদু মফম মফমগী ওইবা হৱানুংশিং চান্নদবনা নাগল্লি। অদুবু মতম খরগী মতুংদগীদি হৱা-নুংশিং চান্নরক্তুনা শাঙা অদুগী মশাদা অনাবা কয়া লৈরক্তে। ঐখোয়না য়ুমদা লৈমিন্নরিবা হুই হৌদোং অসি মখোয়গী মশিং য়ামলক্তনবা অমদি লায়না তিন্না কয়া ঙাকথোকচনবগীদমক্তা Animal birth control তৌবা য়াম্না দরকার ওই। Animal Birth Control অসি শাঙাদা তৌবদা Surgical গী মেথোডনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ। হুই হৌদোংদা তৌবা Operation বু Surgical Neutering হায়না কৌই। Surgical নত্তবা Hormonal control মেথোড লৈ। মসিগী মেথোড অসি মরুওইনা Female দা তৌন্নৈ। মসিগী খুদোংচাদবা অমনা Side effect লৈ। হিদাক Hormone অসিগী Dosage and time of administration

দা খুদোংচাদবা খর লৈ। মরম অসিদগী Surgical মেথোডনা হেন্না খুদোং চাবা হেন্নি। ঐখোয়না শাগুদা মচা হেন্না পোকহনবা য়াদে।

## Dog Registration:-

Stray dog লম্বী শোরোক্তা লৈবা হুই মশিং য়াম্না লৈহন্দনবা গভর্ণমেন্টনা নত্রগা ম্যুনিসিপালিটিনা হুইশিংগী Identification নত্রগা Registration তৌবা দরকার ওই। হুইগী Identification তৌবা অসি Surgical মেথোডনা তৌবা য়াই। খুদম ওইনা হাইরবদা Microchipping, tag or branding system নি। Dog Identification না কান্নরিবসি হুই মপু অমগী হুই মাংথ্রে হায়বা নত্রগা লম্বী শোরোক্তা বাজারদা লৈবা হুই অদু কনাগী হুইনো হায়বদু লায়না খঙবা ঙম্মী অদুগা মাঙখিবা হুই অদু মপুদা অমুক হন্না শিন্নবা ঙম্মী। মসিদসু নত্তনা হুই অদু মপুনা ফজনা য়োকপীরিবরা থম্মীরিবরা হায়বদুসু খঙবা ঙম্মী। Dog Registration না কান্নরিবসি হুইশিং অদুদা হুই অঙাওবগী লায়না Rabies Vaccine হিদাক কাপথোক্লবরা অমদি হুই অদু Neutering তৌরবরা হায়বদি হুই অদুদা মচা মখা তানা পোক্তনবা শেন্নবরা হায়বনিচিংবা রেকোর্ট থম্বনি। রেকোর্ট অদুদা হুই অদুগী মপুগী মামিং লৈফমনচিংবা য়াওরি। Dog registration গী থবক অসি সরকারনা, ম্যুনিসিপালিটিনা নিংথিজনা ফাইনান্স তৌদুনা Establish তৌবা তাই। মসিনা শাদগী মীদা, মীদগী শাদা নাবা লায়না Zoonotic disease কয়ারুম থিংবা ঙম্মী।

***************

## Chapter -23

# Euthanasia

শাঙা হাৎপবু Euthanasia হায়না খঙনৈ। হাৎকদৌবিব শাঙা অদু মপু লৈত্রবা, লশ্নী সোরোক্তা লৈবা ময়ুম লৈত্রবা হায়বদি Stray animals ওইরবা শা অদুনি। অতোপ্পা অমনা শা-ঙা অদু লায়ন্না নাদুনা লৈববা, লায়েংবদা ফাবা ঙমদ্রবা, শাঙা অদুনা মতোমতা চৎপা অমদি মচিঞ্জাক চাজবা ঙমদ্রবা মতমদা শাঙা অদু Euthanasia তৌগনি। মশা ফবা, নহা ওইবিবা শাঙাদি Euthanasia তৌবা য়াদে।

Euthanasia গী প্রোসেসনা শা-ঙা হাৎপা অসিদা শাঙা অদু অনাবা ফাওদে, জ্ঞান মাঙলগা মতোমতা শীজবনি। ওৎপা নৈবা যাওদবা, অনাবা ফাওদনা জ্ঞান মাঙলগা শা-ঙা হাৎপবু হ্যুমেন কিল্লিং ওফ এনিমেলস হ'যনা কৌই। Euthanasia পাংথোকপদা Trained তৌরবা মীওইনা শা-ঙা হাৎকদবনি।

Euthanasia গী মেথোড খরদং:

i) Injection of drug (Small animals) : অপিকপা শা-ঙা হাৎকদবগীদমক্তদি Sodium pentobarbitone solution(200mg per ml) অসি শিংলিদা হায়বদি Intravenously at a dosage of 1ml per kg body weight কাপ্পকনি।

ii) Infection of drug ( Large animals) : অচৌবা শাঙাগী দমক্তাদি Chloral hydrate, overdose নত্রগা Sodium pentobarbitone solution, নত্রগা Sodium Thiapentone solution intravenously কাপশিল্লগদি শা অদু জ্ঞান মাংলগা অনাবা য়াওদনা শি। শাঙা ফাবদা নত্রগা হেন্দল তৌবদা য়াবা শাঙাগীদমক্তা অহানবদা Tranquilliser eg. Etorphine intramuscularly পীগদবনি। মসিনা শাঙা অদু হেন্দল তৌবদা খুদোং চানবগীদমক্তনি। শাঙা খুদিংমক হাৎপদা অহানবদা Tranquilliser গী হিদাক শিজিন্নবা Compulsory ওই। মসিনা শাঙাগী Pain and suffering লৈহনদে।

iii) Electrocution : Electric current থাজিনলগা শাঙা হাৎপনি। Electric current অসি শাঙা অদুগী মকোক্তা থাজিল্লি। মসিগী শাঙা হাৎপগী খুৎহাৎ অসি হৌজিক্কি মতমদা চৎনদবা অমা ওইরে। মসিগী খুৎহাৎ অসিনা শাঙা অদুদা অনাবা Pain and suffering য়াম্না পি।

iv) Captive-bolt pistol: নোংমৈ শিজিন্নদুনা শাঙা হাৎপা অসি হৌজিক্কি মতমদা য়াম্না চৎনবা অমা ওই। মসি মালেমগী চৎনবী অমা ওই। অসিদা নোংমৈনা শা অদুগী মকোক্তা কাপশিনবনি। মসিসু ব্রেন তৌরবা মীওইনা শা অদুদা নোংমৈ শিজিন্নদুনা হাৎকদবনি। মসিদা শা অদুগী মকোক্কী ব্রেন অদু খুদক্তা থুগাইবনি। মসিদা শা অদু খুদক্তা জ্ঞান মাঙই, অনাবা ফাওদে খুদক্তা শি। মসিগী খুৎহাৎ অসি হ্যমেন কিল্লীংনি।

<u>Use of Animals organs for transplantation into animals:</u>

এনিমেল ব্বেলফিয়ার গী মতুং ইন্না শা অমগী ওর্গান অমা অতোপ্পা শাঙা অমদা শিগদৌবদগী কন্নবগীদমক্তা Transplantation তৌবা য়াই। হায়রিবা থবক অসি তৌনবগীদমক্তা শাঙাগী মপু অনিমক্কী য়াল্লবা অমা অহানবদা পুরক্কদবনি। অদুগা হায়রিবা ওপরেসন অসি মাইপাক্না পাঙথোকপা ঙম্বা হোসপিটালদা তৌগদবনি নত্রগদি Donor animal অমসুং Recipient animal অনিমক শিবা ওই।

অতোপ্পা অমনা খুদোংথিবদগী শিগদৌরবা শাঙা অদুদগী ওর্গান লৌথোক্লগা অতোপ্পা শাঙা অমদা হায়বদি Appropriate recipient animals দা Transplantation তৌবা য়াই।

***************

# Chapter -24

# ফার্ম ফুট এনিমেলস

মীওইবগী চিঙ্গাক ওইরিবা ফার্মশিংদা লোইরিবা শায়েনশিং অসি য়োকপা থাকপা মতমদা শায়েনশিং মখোয়গী Natural behaviour গী মওংদা চ্রি ওইনা হিংজহনগদবনি। Natural behaviour গী মওংদা শায়েনশিংনা লৈবা তারগদি মখোয়গী মশাদা অৱাবা অনাবা কয়া লৈতে। শায়েনশিং অসি ফার্মদা লোইবা মতমদা য়াম্না কুংনা থম্বা য়াদে। Close confinement ওইবা য়াদে। শায়েনশিংনা মশাগী চৎথোক চৎশিন তৌবগী মফম লৈজগদবনি। মখোয়বু কৈথেলদা য়োন্নবগীদমক পুরকপা মতমদসু য়াম্না কুংনা য়েন পোলাংদা হাপচিনলগা (overcrowding of fowls in basket) পুবা য়াদে। Poultry farm দা য়েন্না তোংনবা Perches শেম্বী শাবিগদবনি। য়েনশিংনা মখোয়না হিংলিঙৈ মতমদা মখোয়গী ফ্রিদম থরদি পিবা তাই।

## মশনাও মচাশিং করম্না থমগনি:

এনিমেল ৱেলফিয়াব মতুং ইন্না মশনাও মচাশিং অসি থৌরিনা পুনশিন্দুনা থমলোইদবনি। করিগুম্বা মন্দা লায়না নাবা নত্রগা অশোক অপন য়াওরগদি কোইচৎ চত্তনবা লায়েংবদ মতেং ওইনবা পুনশিনবা য়াই। মশনাও মচাশিং অসি ডাইরি ফার্মদা থম্বা মতমদসু Loose housed/outdoor system দা থম্বা তাই। মশনাওশিং অদুনা মশা চৎথোক চৎশিন অমদি চোংবা ফনবা য়াবা মফমদা

থম্বা তাই। ষণ লোইরিবা মপুশিংনা ষণনাও মচাশিং অদুবু মশা ফনা থম্নবগীদমক অফবা শজিক মচিঞ্জাক পিজবা তাই। মরু ওইনা অফবা ঈশিং পীথকপা তাই। অসুম্না তৌরগদি ষণনাও মচাশিং অদু য়াম্না ফবা ষণবী নত্রগ' ষণ লাবা ওই।

## ওক লোইবা:

এনিমেল ৱেলফিয়ারগী মতুং ইন্না ওক য়োকপা মতমদা মখোয়গী চাফম অমদি কুনফম হায়বদি Bedding তোঙান তোঙান্না থম্ব' তাই। মখোয়গী কুনফমদা চরু চনাই খর থমবদা শাশিংনা য়াম্না নুংঙাইবা অমা ওই। ওকপু মতম চুপ্পদা থৌরিনা পুনশিনবা য়াদে। কারিগুম্বা কান্দা Veterinary Examination গীদমক ওকপু থৌরিনা পুনবদি য়াই। ওক মচাশিংনা মপীদগী য়াম্না ঙন্তনা খাইদোকপীরোইদবনি। করিগুম্বা মপীদগী ঙান্তনা খাইদোকপা অসিনা ওক মচাশিং অদু নিংথিজনা য়েংশিনহৌদ্রবদি শিগন নাগনবা য়াম্না তোইনা থোকই। ওক লোইবদা মখোয়গী Outdoor গী মফম পিগদবনি। মফম অদুদা মখোয়না মশা চংথোক চংশিন অমদি শান্নজবা ফংজনবা অদুগীদমক্তি।

## Electricfication:

শাষণ থমলিবা মফম অদু Electric মৈ নিংথিজনা থানবিবা দরকার ওই। চেকশিনগদবা অমনা মৈহৌ লাংপোক থোক্তনবা চেকশিন থৌরাং লৌথংকদবনি। চেকশিনহৌদবদগী মৈহৌ লাংপোক থোক্লগদি শাষণ শিব য়াওই। শাষণনা থমলিবা মফম অদু লৈমায় অদু নিংথিজনা শাষণনা লৈজবদা নুংঙাইজনবা শেম্বী শাবিগদবনি। লৈমাই Floor নিংথিজনা শেম্বী শাবিদ্রবদি শাষণগী Lameness অমদি Foot problem কয়ামরুম থোক্লকই।

## Breeding programme:

এনিমেল ৱেলফিয়ারগী মতুং ইন্না Breeding programme পাংথোকপা মতমদা শাষণগী বোডি সাইজ গী মতুং ইন্না Artificial Insemination তৌবা তাই। বোডি সাইজ খেৎনবগী মতুং ইন্না শাষণনা মচা পোকপদা অহাবা অনাবা শিবা ফাওবা য়াওই। মসিগী Case অয়াম্বা Caesarian operation ওই।

এনিমেল ৱেলফিয়ারগী মতুং ইন্না শাঙা লোইবা মতমদা য়ুমশাতমক হায়বদি

Domesticated species খক্তা য়ুমদা য়োকপা তাই। অদুগা জঙ্গলগী শা-উচেক্তী (Non-domesticated species) য়ুমদা লোইবা য়োকপা য়াদে। মসিদা প্রোব্লেম ময়ামরুম হায়বদি Discomfort, distress, injury, suffering থোকহল্লি। শাঙাগী প্রোদক্টসন হেনগৎনবা হিদাক কাপশিনবা য়াদে। মসিনা শাঙাগী মশাদা অনাব অব্রাবা ফাওহল্লি।

## Transportation

শাষণশিং অসি মফম অমদগী অতোপ্পা অথাপ্পা মফম অমদা খোং লম্বীদা হোইরগা নত্রগা হব্রাগাড়িদা হাপ্পগা পুরগা মফম অমদা চিঙ্গাক্কীদমক হাৎলি। চিঙ্গাক্কীদমক হাৎলিবা ফুট এনিমেলসশিং অসি য়াম্না থাপ্না খোংনা অমদি হব্রাগাড়িনা পুরোইদবনি। মসিদা শা-ষণ অদুদা অব্রাবা অনাবা পী। য়ারিবা মখৈ শা-ষণশিং য়াম্না নক্না, থাপ্না পুদনা চিঙ্গাক্কীদমক হাৎকদবনি। শা হাৎপা অসিসু হ্যমেন কিল্লীং ওইগদবনি। শা-ষণ হব্রাগাড়িদা পুবা তারগসু পুং অমা নত্রগা অনি রোম ওইগদবনি। মদুগী মতুংদা নোংমা খক্তুংদি পোথাহনগনি, মচিঙ্গাক খর অমদি ঈশিং নিংথিজনা পীথক্কদবনি। শা-ষণ পুরিবা মীওইশিংনা শাষণ পুরিঙৈগী মনুংদা শাষণ অদুগী অনাবা অশোকপা য়াওরক্লবদি নিংথিজনা য়েংবীবা তাই। শাষণনা মখোংনা চৎপা ঙমদ্রবা মতমদা নমদুনা ফুদুনা মখোংনা চৎহন্নবা হোৎনরোইদবনি। চৎলু য়াদ্রবা শাষণশিংদি হব্রাগাড়িদা হাপ্পুনা পুবিগদবনি।

## Inspection in slaughter houses:

মীওইবগী চিঙ্গাক্কীদমক্তদা হাৎলিবা শাষণ হাৎফম Slaughter houses খুদিংমক চেক্ট তৌবা দরকার ওই। মসিগী মরমদি শাহাৎফমদা শাষণ হাৎপদা Cruelty, practice য়াম্না চৎথে। শাষণ হাৎলিবা মীওইশিংগী মনুংদা মীওই অমদি এনিমেল বেলফিয়ার ট্রেনিং ফংলবা মীওই ওইগদবনি। এনিমেল বেলফিয়ারগী জ্ঞান অদু শা হাৎপদা শিজিন্নবা তাই। শা হাৎপা মী Trainer অমা ওইগদবনি।

***************

# Chapter -25

# এনিমেল এক্সপেরিমেন্টেসন

মীওইবনা এক্সপেরিমেন্ট অমগী শাঙাদা চায়েং তৌবদা শাঙাদা য়াম্না অৱাবা অনাবা পী। এনিমেল ৱেলফিয়ার নিয়মগী মতুং ইন্না শাঙাদা চায়েং তৌবদা শাঙাদা য়াম্না অৱাবা অনাবা পীবা য়াদে।

শাঙাদা চাংয়েং তৌবা অসি লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবী আইন লোইনা লৈ। ইউকেদা শাঙাদা চাংয়েং তৌগে হায়রগদি অহানবদা অয়াবগী License হান্না লৌবা তাই। License অদু U.K. Animal Scientific Procedure Act 1986 কী মতুং ইন্না চৎনৈ। মসিদা করম্বা শাদা, করম্বা চাংয়েং, শা-ঙা কয়াম য়াম্না চংবা, অৱাবা অনাবা ওইবা ওইদবা হায়বনচিংবা মরিক চুম্বা রিপোর্ট অমা লৈগদবনি। ইকান কান্নদবা চাংয়েং ওইরগদি License পীদে। ভারতকী ওইনদি অয়াবগী license অসি Committee for the purpose of control and Supervision of Experiments on Animals(C P C S E A) দগী লৌগনি।

ঐখোয় মীওইবগী কান্নবগীদমক শাঙাদা চাংয়েং তৌবা অসি অসুম চৎথবা তাবনিনা য়ারিবমখৈ শাঙাদা য়াম্না pain and suffering ওইহনলোইদবনি। চাংয়েং খুদিংমক শাঙাদা অনাবা ফাওহন্দনবা Anaesthesia/analgesic নিংথিজনা শিজিন্নবা তাই। শাঙাদা অকিবা পোকহনবা য়াদে।

শাঙাদা চাংয়েং তৌব্রবা অমদি মদুগী রিজল্ট লৈরবা ফাওবদা কনাগুম্বা

অমা নত্রগা লৈবাক অতোপ্পা অমনা Unnecessary ওইবা হনজিন্না তৌবা Repetition Experiments, এনিমেল ৱেলফিয়ারগী লোগী মতুং ইন্না য়াদে। য়ারিবামখৈ শাঙা শিজিন্নদনা তৌবা চাংয়েং Alternative satisfactory method পুথোক্লবা হোৎনগদবনি।

ঐখোয়না শিজিন্নরিবা Cosmetic, food additive, household product শিং অসি মীওইবনা শিজিন্নগ্রিঙৈগী মমাংদা শাঙাদা হান্না চাংয়েং তৌই। চাংয়েং অসি Unnecessary ওই অদুনা মসিনা কান্নদবদা শাঙাদা অৱাবা অনাবা পী। শাঙা শিজিন্নদনা চাংয়েং তৌবা য়াবা Alternative Techniques পুথোকপা, শাঙা খর খক্তা শিজিন্নবা অৱাবা, অনাবা পিদবা, Laboratory Animals কী ৱেলফিয়ার পীবা, থবকশিং অসি পাংথোকপা তাই। চাংয়েং তৌগদৌরিবা শাঙা অদু Enriched environment দা থমগদবনি। Alternative techniques শিং অসি খুদম ওইনা হায়ববদা Cell, tissue culture, use of human volunteers অসিনচিংবনি।শাঙাদা চাংয়েং হনথহনগে হাযরগদি college/University দা চাংয়েং হান্না তৌখিবগী Centralised data Banks, Adequate prior literature Research, video/Filmনিংথিজনা মেনটেন্দ তৌদুনা থম্বা তাই। হাযরিবশিং অসি গভর্ণমেন্টনা মকওইনা Education Dept. না support পীবা তাই। শাঙা চাংযেং চৎথরিবা মফম অদুদা Verterinary Surgeon অমনা শাঙাদা চাংয়েং তৌবিবা অদু লোইদ্রিফাওবা শা অদুগী হেলঠ অমসুং ৱেলফিয়ার ষ্টেটস নিংথিজনা য়েংশিনবা তাই।

এনিমেল ৱেলফিয়ার লোগী মতুং ইন্না জঙ্গলগী শাউচেক Wild-Caught Animals শিংদা চাংয়েং চৎথবা য়াদে। Chimpanzee হায়রিবা শা অসিদসু চাংয়েং চৎথবা য়াদে।

ঐখোয় লমদমগী লৈবাক্কী শাঙাশিং অসি চাংয়েং তৌনবগীদমক্তা মপাল লৈবাক্তা থাদোকপা য়োনথোকপা য়াদে। চাংয়েং তৌকরবা শাঙাশিং অসি হাৎতোকপগী মহুৎতা য়াবিবমখৈ অমুক হন্না (Rehoming) য়োকপিগদবনি। মখোয়গী অনৌবা পুন্সি অমা হিংহন্নবা হোৎনগদবনি।

শা-ঙাশিং অসি Film, Television, Advertisement and Theatre শিংদা শিজিন্নবা মতমদা য়ারিবামখৈ অৱাবা অনাবা পীদবা তাই। Circus animals শিং অসি অয়াম্বা মতমদা Close confinement ওইনা থম্মী। মসিদা মখোয়দা Abnormal ওইবা অমা লৈ। মফম অমদগী মফম অমদা তোয়না তোয়না Circus তৌনবগীদমক পুদুনা চৎপা অসিদা শা-ঙা অদুদা অৱাবা অনাবা পী। শান্নবা অমগী মতুংদা শা অদুনা হাপ্তা(Week) অমদি পোথাহনবা তাই। শা অদুগী Welfare standard খরদি মেনটেন্দ তৌবা দরকার ওই। সরকস তৌনবগীদমক শাশিং অসি মতম অয়াম্বদা Forced training পী। মতম শাংনা ট্রেনিং তৌই। মসিনা শাঙাশিং অদুদা Abnormal অমদি Unnatural ওইবা পুক্নি অমা ওইহল্লি। লমলক্কী শাঙাশিং অসিদি সরকস ট্রেনিং প্রাকটিস তৌবদা যাম্না অৱাবা অনাবা মায়য়োক্নে। মবমশিং অসিদগী এনিমেল সবকস অসি থিংনবা হোৎনবনা হেন্না ফৈ।

## Bull fighting:

ষণ ব্রাইনবা অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তদি তৌদে অদুবু অতোপ্পা লৈবাক্তদি Bull fight তৌহল্লগা শেল থান্নবগী মশান্না পাংথোকই। মসি এনিমেল বেলফিয়ারগী মতুং ইন্না য়াদে।

শাঙাগী মতু(Fur) লোইনা ককথৎলগা লৌবা অসি শাঙা অদুদা অৱাবা অনাবা পী। শাঙাগী মতু পোৎথোক মীওইবনা শিজিন্নবা অসিবু Inessential luxuary product হাইনা কৌই। মসিগী মহুত্তা Cotton ফিশিংনা মীওইবনা শিজিন্নবদা হেন্না নুংঙাইবা, অফবা ওই।

**************

# Chapter -26

# এন্টরটেনমেন্ট

ঐখোয় মীওইবগী নুংঙাইবা এন্টরটেনমেন্টগীদমক শাঙাশিংদা Spectacles উপশিনবা, শিজিন্নহনবা যাদে। শা-উচেকশিংবু পাইহন্দনা থম্নবা মশা ককখৎপা অমদি উচেক্কী মথক থংবা মচিন ককথংপনচিংবা তৌবোইদবনি।

শা অমনা অতোপ্পা শা অমবু হাৎকদবগী তান্নবক্লবদি মদু থিংর্বিগদবনি, কনবিগদবনি। মসিগী অর্থদি Predatory animal অমসুং Prey animals অনি মক কনবীবনি।

## এনিমেল এণ্ড ইডুকেসনঃ

Formal And Non-formal Education activities খুদিংমক্তা এনিমেল রে লফিয়াব ইডুকেসন অসি Compulsory ওইবা তাই। এনিমেল রেলফিয়াব ইডুকেসনদা যা ওবিবশিংগী মনুংদা শাঙাদা ওৎপা নৈবা, অথিনা তৌবা Cruelty গী মবমদা খঙবা তাই। শাষণদা নুংশিবা থৌজাল হৈবা Kindness and protection পিবা তাই।

স্কুল, কলেজ অমসুং ঃ উনিভবসিতিদা কবম্না শাঙা থমগদগেঃ

১) শাঙা যেংশিন্নবা মী এমা Full time ওইনা appoint তৌগদবনি। মী অদুনা শাঙাগী মচিঞ্জাক ঈশিং মতম চানা চানা পিজগদবনি, শাশিং অদুগী রেলফিয়াব অমসুং Husbandary নিংথিজনা যেংশিনগদবনি।

২) শা-ঙা থল্লিবা মফম অদু অশেংবা হব্বা নুংশিৎ ফংবা Enrich Environment অমা ওইগদবনি।

৩) শাঙা অদুগী থমফম অদু মতিক চাবা Housing, Husbandry ওইগদবনি। হিদাক লাংথক্কী থবক Veterinary care মতম চুপ্পদা লৈগদবনি।

৪) ছাত্রশিংনা শা-ঙাশিংগী মবমদা তম্বা মতমদা শা-ঙাশিংবু নিংথিজনা Handle তৌবা তাই।

৫) শা-ঙাশিং অদু চযোল অমগী মনুংদা নুমিৎ নিনিদি পোথাহনগনি অমসুং Disturbance পীবা যাদে।

৬) শা-ঙা শিজিন্নদবা যাদবা মতমদা শিজিন্নগনি। যাবিবামখৈ শা-ঙা শিজিন্নদনবা হোৎনগদবনি।

৭) শা-ঙাশিং অদুদা Indiscriminate breeding তৌহনলোইদবনি।

৮) যাম্না পিকপা শা-ঙাগী মবমদা লাইবিক তম্বসি মখোযগী Natural habitats, Natural environment ও। তম্বনা হেন্না খুদোংচাবা হেল্লি।

## Zoo Visits:

ঐখোযনা শা-ঙাগী লৈফম জুদা চৎপা মতমদা লৈবমলিবা শা-ঙাশিং অদুদা Unnecessary disturbance পীবোইদবনি। Unnecessary disturbance পীবনা শাঙাদা অৱাবা অনাবা পী। ঐখোযনা জুদা চৎলগা এনিমেল ৱেলফিযাবগী ওইবা Issues শিংগী মবমদা খল্ল নৈনবা অমদি জুশিংদা থল্লিবা শাশিংগী এনিমেল ৱেলফিযাব Standard অসি নিংথিজনা থম্নীববা হায়বদু েংশিনবা মথৌ তাই। শা-ঙাশিং অদু জুদা নিংথিজনা থমলমদ্রগাদি মবি লৈনবা জুগী Authority দা নিংথিজনা থম্বাগীদমক্তা হাযবা তাই।

## Animal Dissection

Animal dissection তৌবা অসি স্কুলগী লেবেল ফাওবদি যাদে। স্কুলগী লেবেলদা ছাত্র অমত্তনা ডিসেকসন তৌবা যাদে অদুগা শা ঙা ডিসেকসন তৌবা

য়েংবসু য়াদে। স্কুলগী অশুাংশিংনা শাঙা হাৎলগা ডিসেকসন তৌবা নত্রগা য়েংবা অসিনা মরম ওইদুনা অশুাংশিংনা শাঙা হাৎপদা করিসু লৈতবা, করিসু খন্দবা, হেক্তা হাৎনিংবা অমা অশুাংশিংদা পোকহল্লি।

## Vocational Education

হৌজিক্কী মতমদা Vocational Education অসি য়াম্না মরুওইবা অমা ওই। ভোকেসনেল ইডুকেসনশিংগী মনুংদা livestock farming সু অমনি। ভোকেসনেল ইডুকেসন কোর্সতা এনিমেল ৱেলফিয়ার ইডুকেসনগী কম্পোনেন্ট খব য়াওগদবনি। মসিনা শাঙাশিংদা ওৎপা নৈবা তৌবগী চাং হন্থহনবা ঙম্মী।

## Genetic Research

হৌজিক্কী মতমদা Genetic engineering, research মতেংনা Genetically Modified animals কয়া পুথোক্লে। শাঙাগী genetic constitution শিং অসে হেন্না Manipulation তৌরগদি শাঙাগী মহৌশাগী ওইবা Gene অদু মাংখিগনি। ঐখোয়না খঙনরিবা শগোল অচৌবা Mule অসি Hybrid অমনি। মসিদা গদ্ধা লাবগা শগোল অমোমগা তিন্নবগা (Male Ass x A mare = mule) পুথোকপনি। অসুম হায়না তৌদুনা অতোপ অতোপ্পা মায়দবা শাগী Breed শিং অসি Cross breed তৌনবা Laboratory দা হোৎনৈ। অসিগুম্বা Scientific Invention অসি হেনগৎলকপনা মহৌশাদগী লৈবম্লবা শাঙাগী কেবেক্টবদা য়াম্না অহোংবা অমা লাকহল্লি অমসুং শাঙাবু Laboratory দা পুথোকপা ওইনা উহল্লি। মসি এনিমেল ৱেলফিয়াবগী মতুং ইন্না রিসার্স অসি limitation লৈ। অসিগুম্বা রিসার্স অসিদা গভর্ণমেন্টনা শেল য়াম্না থাদবা তৌবোইদবনি মৰমদি শাঙা হেন্না শিজিন্নবক্তুনা রিসার্স [illegible] নকই।

***************

# Chapter -27

# হুইগী মিট

ঐখোয় মীওইবনা চারিবা শা অসি ইন্তরনেসনেলগী চৎনবা য়াবা অমদি য়াদবা অনী থোক্লা খায়দোকই। চাবদা য়াবা শা হায়বগা ষণ, য়েন, ওক, ইরোই, ঙানু অসিনচিংবনি। চাবদা য়াবা, য়াদবা অসি লৈবাক লৈবাক্কী ওইনা অমুকসু খেন্নরকই। হুইশা চাবা অসি ইন্তরনেসনেলগী থাক্তদি চাবা য়াদবা গ্রুপ্তা চিংঙি। ইউনাইতেদ কিংদমদা হুই হাৎলগা চাবা য়াদে। চাবদা দন্দী য়াম্না চাউনা ফংঙি। অমারোমদা হুইশা চাবা লৈবাকশিংদি ফিলিপিন, কোরিয়া অমসুং সাউথ এসিয়াগী লৈবাক খরনি। য়াম্না ঙকপা অমনা কোরিয়া লৈবাক্তদি হুইশা অসি অচৌবা বাজারদা য়োল্লি অমসুং কোরিয়াগী প্রজা অয়াম্বনা য়াম্না পাম্লনা চায। কোবিয়া সরকারনসু হুইশা চাবা অসিদা অয়াবা অদুমক পীবি। অদুবু হৌজিক্তি ইন্তরনেসনেল কম্যুনিতিনা কোরিয়া সরকারদা হুইশা চাদনবা হায়বা হৌগ্রে। হুই হাৎপা, হুইশা চাবা ঐখোয়না থিংবা ঙম্বা নত্তে। সরকারনদি থিংবা ঙম্মী।

ঐখোয়গী লমদম অসিদদি কনাগুম্বা খরনা শা অদু বোরা খাউদা হাপচিল্লগা বোরাখাউ অদুগী মচীন্দু পুনশিল্লগা ঈশিংদা থাদলা যাওই। শা অদুনা ঈশিংনা ঈবাক্লবগা চপ মান্নে অমসুং শিবদা মতম চঙঙি। মানা শি তমথিনা ওৎনৈনা হাৎলি। মদুতসু নত্তনা শা অদু শিদ্রিঙৈদা মৈদা থাবা হৌই। কয়াদা ওৎ নৈনা শা হাৎলি। ঐখোয়গী লমদম অসিদদি শাহাৎনবা নোংমৈ লৈতবনিনা কবম্না শা ঙাবু ওৎপা নৈবা য়াওদনা হাৎকদগে হায়বদু খন্ন নৈনবা তাই।

ঐখোয়দা অনাবা ফাওরিবা অসি কোক্কি ব্রেন্না ফাওহল্লিবনি অদুনা শা হাৎপা মতমদা শা অদুগী ব্রেন অদু য়াম্না থুনা খুদক্তা করিগুম্বা পোৎ অমনা খুগাইবা তাই। মসিনা শা অদু খুদক্তা জ্ঞান মাওণ্ডি, অনাবা ফাওদে। মমৈথংদা শি। য়েন ঙানুশিংগীদি মঙক ককথৎপা অসিনি। মসিদা ব্রেনগা মশাগা শম্নহন্দবনি।

হুই হায়বা অসি শ্বাইদগী মপু নীংবা য়ুমশানি। হুই খরদি লম্বী সোরোক অমদি বাজারশিংদা অদুমক তোয়না লৈবা য়াওই। মখোয় অসি লম্বী সোরোক্কী হুই (ষ্ট্রিত দোক) হায়না কৌই। হুইশিং অসি মপুনা থৌশাবিদ্রাবা থাদোক্লবা হুইশিংনি। হায়রিবা হুইশিং অসিদগীনি হুই অঙাওবগী লায়না শন্দোরক্লিবা অসি। হায়রিবা হুইশিং অসি মপুনা ফাজীনবা তাই নত্রগদি হাৎতোকপা তাই। মরমদি ঐখোয়দা মখোয়না খুদোংথীবা লায়না থোকহল্লি।

হুই ফজনা লোইবা ওম্বা মীনা হুই লোইসি। ফজনা থম্বা ওম্লোইদবা মীনা হুই লোইগুমসি। শেল লৈতে হায়দুনা ইশাগী অমাখক লোইবা হুইবু য়োম্থোক্লুমসি, হাৎতোক্লুমসি। শাঙা নুংশিবা তমসি, শাঙা নুংশিবা হৈত্রগদি ঐখোয়না ঐখোয় মীওইববু নুংশিবা হৈরোই।

***************

# Chapter -28

## ৱার্ল্ড এনিমেল ডে

ৱার্ল্ড এনিমেল ডে মনিপুরি লোন্দা হায়বগনা পৃথিবীগী শা উচেক্কী নুমিৎ, করম্বা তারিক্তা লেপ্পগে অমদি করম্বা মীগা মবি লৈনবগে হায়বদু ঐখোয়না খঙবা অমদি দবকার ওই। ৱার্ল্ড এনিমেল ডে অসি ওক্টোবরগী তাং ৪ দা লেপখি। হায়রিবা তাং ৪ অসি ফ্রানসিস কৌবা ইটলিদা পোকপা নুপা অমগী মপোক নুমিৎ ওক্টোবরগী তাং ৪ লৌবগা ৱার্ল্ড এনিমেল ডে পাঙথোকপা হৌখি। মহাক্কী ৱাবী অসি অঙকপনি, পৃথিবীগী মী অয়াম্বনা হায়নৈ মদুদি মহাক অসি অনিশুবা যিশু খৃষ্ট ওইনা লাকপনিসু হায়নৈ। অদুবু খেৎনবা হায়ববু যিশু খৃষ্টনা চিফ প্রিষ্ট, ফারাসিস অমদি হিরোৎ নিংথৌগা চায়েৎনবা অমা লৈখি। অদুবু ফ্রানসিসটি ইচম চম্না মুনি অমগী মওংদা মপুন্সি লেনখি। খৎন-চৈনবা য়াওখিদে। মসিনা তাকপদি ফ্রানসিসকী মপুন্সি মরেল অসি গৌতম বুদ্ধগা চপ মান্নবগুমসু তৌই। স্কোলার রিসর্চ কয়ানা ফ্রানসিসকী ফিলোজোফিদা কন্না খিৎয়েং থম্লক্লি। মহাক্কী মপোক নুমিৎতা ৱার্ল্ড এনিমেল ডে পাঙথোকইবগী মরম খর লৈ।

ঙসিদগী চহি ৭০০ রোমগী মমাংদা ইটালি লৈবাক্কী এসিসি কৌবা সহর অমদা মহাক পোকখি। মহাক্কী ইমুং মনুংদি ইনাক খুনবা, পৈশা পায়বা অকে অমৌগী ময়ুম অমা ওইরম্মী। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ময়ুমদা লৈবা পামদবা, ইনাকখুনবা শেল পায়বা পামদবা, মরুপ মপাং কয়া তিন্নবা পামদবা

ওইনা হৌরকখি। মহাক্না শাউচেকপু নুংশিজনা লোইনখি। মরম অসিনা মহাক্না শা উচেকশিংবু মহাক্কী ব্রাদর অমদি সিষ্টরনি হায়না খনখি। মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা মকম অমদগী মকম অমদা চত্নুনা মরোল ইরোল ফাওনদবা শা উচেকশিংবু ফাবিদনবা হাৎপীদনবা অমদি নুংশিবিনবা পাউজেল পীরম্মী। মহাক্না শা উচেকশিংবু নুংশিজনা লোয়নবা মরম্না মহাক জজল চীংশাংদা চৎপা মতমদা উচেকশিংনা মহাক্কী মকোক অমদি লেংবান্দা তোংই অমদি মহাক্কী মখুত্তগীসু উচেকশিংনা মচিঞ্জাক চায়। মহাক্না শাউচেকশিং অদু কৌবা মতমদা লাকই। জজলগী শা কৈ, শাবু, শওম, শা উচেক খুদিংমক মশক খঙই অদুগা শাউচেকশিংনসু মহাকপু মশক খঙই।

নোংমা ফ্রানসিসনা খুঙ্গং অমদা চৎপা মতমদা খুঙ্গংগী মী খরনা ফ্রানসিসতা কমপ্লেন অমা থাংগৎলম্মী মদুদি জজলদা লৈবা কৈশান অমনা খুঙ্গং অদুগী যুমশিংদগী লৈজবা যণ মচা অমদি হামেং য়াওনচিংবা অমমম নুমিৎ খুদিংগী মচিঞ্জাক ওইনা হাৎলে হায়না পাওদমখি। ফ্রানসিসনা খুদক্তা জজলদা চত্নুনা শাউচেক খুদিংমক থোরকউ হায়দুনা লাউ খোংলম্মী। শা উচেকশিংগী মরক্তগী মনিং ইথং থংনা কৈশান অমা লাকনিংদনা লাক্লম্মি। ফ্রানসিসনা য়েংবদা লাকনিংদনা লাকপা মরাল লৈবা কৈশালগী মওং মতৌ অদু খংবা ঙম্লম্মী। ফ্রানসিসনা কৈশান অদুদা অমুক হন্না খুঙ্গং অদুগী য়ুমশাশিং হাৎকনু হায়না হায়রম্মী। ফ্রানসিসনসু খুঙ্গং অদুগী য়ুম খরদা কৈশানগী মচিঞ্জাক ওইনা ঙা খরা খরা থম্বীয়ু হায়রম্মী। মদুগী মতুংদগী খুঙ্গং অদুদা কৈশান্না যণ, হামেং, হাৎপগী পাউ অমত্তা তাখিদ্রে। মসিদা খুঙ্গংগী মীশিং অদুনা ফ্রানসিসপু অঙকপা অমা ওইনা লৌখি।

নোংমা ফ্রানসিসনা চীংশাং পরেংদা চৎলগা মতুংদা মনা পুংবা উহৈ চরোং চরোং পানবা উপানবী অমগী মখাদা ওহাইক্তং পোখারম্মী। খুদম অদুদা উচেক মচা ময়াম অমা পাইরক্লগা উপাম্বী অদুদা পুন্না তোংলম্মী। উচেক মচাশিং অদুনা তপ্না তপ্না অমগা অমগা ঈশৈ শকপগী মওংদা খোংলম্মী। ফ্রানসিসনা উচেক মচাশিংনা খোংবা ঈশৈ শকপগী মওং অদু তারম্মী অমসুং মদুক্কী মতিক নুংঙাইবা পোক্লম্মী। মহাক্না মঙোন্দা য়াওজবা চেং হবায় খরা হুন্দোক্নুনা উচেকশিং

অদুদা পীজরম্মী। উচেক মচা খরদি মহাক্কী মশাদা মখুত্তা মপাম্বোমদা তোংবা ফাওবা য়াওরম্মী। মতাং অসিদা ফ্রানসিসনা পোকপগী নুংঙাইবা খম থেংলে। মসিগীদমক মহাক্না তাইবং পানববু শেম্নীবা ঈশ্বরবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচখি।

নোংমা নুপা অমনা খুনু খরা ফারগা পোলদা হাপ্তুনা কৈথেলদা য়োন্নবা পুরক্লম্মী। মদু ফ্রানসিসনা উরম্মী। মহাক্না নুপা অদুদা খুনুশিং অদু মঙোন্দা পীবিরো হায়না খুরুমজবগা লোয়ননা হায়জরম্মী। ফ্রানসিস মীয়াম্না মশক খঙনবা মুনি অমা ওইবনিনা নুপা অদুনা খুনুশিং অদু পীথোক্লম্মী। মদুদগী ফ্রানসিসনা খুনুশিং অদু থাদোক্লম্মী।

ফ্রানসিসনা অহল ওইরকপা মতমদা চীংশাং পরেং অমদা খাংপোকশঙ অমা শাদুনা মদুদা লৈদুনা মাগী মপুন্সি লেনখি। শাউচেকশিংনা ফ্রানসিসবু মখোয়গী ফেমিলি মেম্বর অমা ওইনা লৌখি। মহাক্না শাউচেকশিংবু নুংশিজব অসিদা পৃথিবীগী এনিমেল লভর কয়ানা ফ্রানসিসকী মপোক নুমিৎ ওক্টোবরগী তাং ৪ বু চহি খুদিংগী ব্রার্ল্ড এনিমেল ডে হায়না পালন তৌরি। মনি অসিগী ফজরবা ব্রারী অসি খঙমিন্নবগা লোয়ননা ঐখোয়না শাউচেক হাৎপগী থবক অমদি শাউচেকপু মিট ওইনা চাবগী ফুট হেবিট থাদোকসি অমসুং ইনভাইরোনমেন্ট কনসি।

**************

## Chapter -29

# বার্ড্ এনিমেল ডেদা করি তৌগনি

সেন্ট ফ্রানসিস হৌজিক্তি ঐখোয়গী ইরক্তা লৈত্রে অদুবু মহাক্তা তৌজরম্বা অদুবু ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা মখাদা পীরিবা ময়াম অসিগী মনুংদা অমখক্তং ওক্টোবরগী তাং ৪দা পাঙথোকপা ঙল্লগদি ঐখোয়না করিগুম্বা খুদোল খরদি মুনি সেন্ট ফ্রানসিসতা পীবা ঙল্লে হায়না লৌগনি।

১) নুমিৎ অসিদা শা উচেক অমত্তা ফাবিগনু, হাৎপীগনু।

২) নুমিৎ অসিদা শা উচেক অমদি য়ুমশাশিংগী মিট চাবিগনু।

৩) নুমিৎ অসিদা শা উচেক লম্বী সোরোক্তা শোক্কুনা তাদুনা লৈরম্লগদি কনবীয়ু, লায়েংবীয়ু।

৪) নুমিৎ অমসিদা শা উচেকশিংগা মরি লৈনবা ইকোলোজিকেল বেলেন্সকী মবমদা লাইরিবা পাবীয়ু। খুদম অমা হায়রবদা জঙ্গলগী শা উচেক ফাবিগনু, য়োকপীগনু।

৫) নুমিৎ অসিদা চেং হৱায় খরা উচেক ৱায়াশিংদা পীজবা অমদি উচেকশিংনা চাজবা, য়ারেকচবা উপাম্মী জাম পাম্বী, নিম পাম্বী য়োকখৎপীবা অমদি পাম্বীশিং অসি থাবীয়ু।

৬) নুমিৎ অসিদা ষণজাবুৎদা শিঙিন্নবা লোইববা প্লাষ্টিক বেগ লৎথোকপীগনু।

৭) নুমিৎ অসিদা অনাবা শা ষণশিং নিংথিনা লায়েংবিযু।

৮) নুমিৎ অসিদা কলেজগী লেভোরেটোরিদা এনিমেল দাইসেক্সন অমদি এনিমেল দ্রগ টেষ্টিং তৌবীগনু।

৯) শা উচেক কনবীবা, ঙাকপী শেনবীবা হায়বসি ঐখোযগী হ্যমেন বাইট অমনি।

**************

***Be kind to the Animals :***

*"Unseen They Suffer,*

*Unheard They Cry*

*In Silence They Die*

*Is It Nothing To You"*

## *Glossary*

| | | |
|---|---|---|
| Animal Welfare | : | শা-ষণ উচেকশিংবু ঙাকপি শেনবীবা Protection and care খ্নীবা। |
| Animal Husbandary | : | শা-ঙা য়োকপগী থবক অমদি মখোয়গী পোৎথোক পুথোকপা। |
| Vocational Education | : | শিনফম অমা ওইনা তম্নবা ইডুকেসন মখল অমনি। |
| Mule | : | Male Ass x A mare cross তৌবগা পুথোকপা শগোল মখল অমা। |
| Anaesthesia/analgesic | : | হিদাক মখল অমনি। মসিনা হকচাংদা অনাবা অরাবা ফাওহন্দবা ঙম্মী। |
| Artificial Insemination(A.I) | | ষণ মচা কাপ্পা / লৌবগী থৌওং অমনি। |
| Caesarian operation | | ওপরেসন তৌবগা মচা মমাগী মানুক্তগী লৌথোকপগী থৌওং অমনি। |
| Domesticated species | · | ষণ ইবোই যেন ঙানু ওক যুমশাশিংনি। |
| Non-domesticated species | : | জঙ্গলদা লৈবা কৈ নোংশা লমহুই শা উচেকশিংনি। |
| Companion animal | : | মীওইবগা মরুপ ওইনা তিন্না লোইনাবনা খুঙ হৌদোংশিংনি। |
| Slaughter house | | শা ষণ মিটকি ওইনা হাৎফমগী মফমনি |
| Euthanasia | | লাযেংবদা ফবা ঙমদ্রবা, মচিঞ্জা'ব নিংথিজনা চাবা ঙমদ্রবা, Condemn animals হাৎপাগী থৌওংনি Mercy killing of animals হাযনসু কৌই। |
| Exotic animals | : | মপাল লৈবাক্কী শাঙাশিং হাযনা কৌই। |
| Surgical Neutering | : | হুই মচা হেন্না পোকহন্দনবা তৌবা ওপরেসন অদুবু খঙনৈ। |

| | | |
|---|---|---|
| Zoontic disease | : | শাঙাদগী মীওইবদা লৌনবা লায়না অদুগা মীওইবদগী শাঙাদসু লৌনবা লায়নাবু খঙনৈ। |
| Quarrantine | : | শাঙাশিং লায়না তিন্না লৈবরা হায়দুনা মতম খর ফাজিন্দুনা থম্নগা Examine তৌবা। |
| PETA | : | Peoples for ethical treatment of animals হায়না কৌই। U.S.তা লৈবা worldwide ওইবা Animal welfare organisation অমনি। |
| RSPCA | : | Royal society for the prevention of cruelty to animals কৌবা UK.দা লৈবা Animal welfare organisation অমনি। |
| Death March | : | অশিবগী লম্বী চৎপা। |
| Food habit | : | মীওইবগী চিঙ্গাক চাবগী হৈনবী। |
| Humane killing | : | শাঙা হাৎপদা অৱাবা অনাবা কয়া পিদবা হাযবদি Pain and suffering কয়া লৈহনদে। পৃথিবীগী শাগী খুৎহাৎ অমনি। |
| Rabies | : | হুই অঙাওবগী লায়না মখল অমনি। |
| Caging system | : | য়েনবু অপীকপা য়েন পোল্লাংদা য়োকপা অদুবু কৌই। |
| Food animals | : | মীওইবগী চিঙ্গাকী ওইবা শাঙাশিং কৌই। |

## *Reference Books :-*

1. Animal Citizens (AWBI)
2. Animal life (RSPCA)
3. Animal Action (RSPCA)
4. Booklets, leaflets of Animal welfare Board of India, Chennai, Govt. of India

# PICTURES



The Sangai Is An Endangered Species



**Over-loading The Animals. Why This Cruelty?**



"LOVE OF ANIMALS An Expression of Human Wisdom."

A Beautiful Girl With
A Beautiful Cat.
(WSPA)





Terrible Trade Tortoises Being Packed For Export Many Tortoises Die During Transportation (RSPCA)



Freedom Food Labelling Scheme (RSPCA)



Hunting The Wild Animals Using Dogs (RSPCA)



Wild Animal Traps (RSPCA)



Happy homes. Just some of the rescued [illegible]

Rehoming Rescued Dogs. (RSPCA)



Animal Rescued . (RSPCA)

Rescued The Wild Bird.





Happy Together: A German Shepherd Dog With A Rescue Worker Woman.



**We Are Voiceless,**
**Not Lifeless**



**Animal Welfare Is Human Duty**
**Show Compassion In Action**